ꯆꯤꯡꯒꯤ ꯂꯩꯝꯃꯦ ꯇꯃꯒꯤ ꯊꯥꯎꯃꯩ

চীংগী লৈম্মে তমগী থাউমৈ





মখুমগী নমুনা :- থৌনাওজম নোঙিয়াচান্দ

অহানবা ফোঙবা :- ২০০৯

কোপি মশীং :- ১০০০

মমল :- ১২০

হক পূম্নমক :- অইবগীনি

অফোঙবা :- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশাগীদমক
নহাকপম ওংবী ললিতা দেবীনা ফোঙজবা

লাইরিক ফংফম :- ১। গ্লোবেল বুক্স এন্দ ষ্টেসনরী ষ্টোর, থাং-লম বজার
২। কে.বি. বুক ষ্টোর, থাং-লম বজার
৩। পরিষদকী ওফিস অমসুং অতৈ মরুওইবা ষ্টোরশিং

# কখোকচবা

শাগৈ জাৎ তিন্নদবদগী
নুংশি ৱাইথুংনখিদ্রবশিং,
অউনপোৎকী ৱাহৌদগী
খাংঙুথক্তা পুন্সি লোমত্ত্রবশিং,
য়াইতোং-খমদোংবশিং য়াইফনবগী
মশাগী পুন্সি কখোক্লম্বশিং,
অচুম্বা ৱায়েল ফংদনবদগী
চৈনা খাঙবতা মশরুক ওইরবশিং,
নখোয় খূদিংগী নীংশিং খুভমদা
কখোকচরি ঐগী ৱাবীমচা
‘চীংগী লৈশ্মে তমগী থাউমৈ’

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

লূম্লবা পৃথিবী অসি শরূ পোলাং অমনা ঙস্নোই ঙমদবোই কোকথোংনরদুনা (লাইরিক্কী মখুমদা) 'ঐ অমসুং পৃথিবী' হায়বা শৈরেং লাইরিক্কা ঈরোয়ননা সহিত্যগী লৌবুক্তা খোঙদারকখিবা অইবনি শ্রীনহাকপম বীরেন। ইং ১৯৭৮গী শৈরেংগী লাইরিকসিমক মহয় চূমখি। মথংগী লৌরোক্তা 'পুন্সি নঙননি ঐবু ৱাখলনা লূমহল্লবা' হায়বা শৈরেংগী লাইরিকসিনা অমুক্কসু সাহিত্যগী মায় পাক্লবা লৌমীনি হায়বা উৎখি। অসুম্না হৌজিক ফাওবা শৈরেং ৱারেংগী লৌরোক কয়া লোকখ্রবনি। শীংথাবীবা থেঙমল্লবা অইবনি।

হন্দক পুথোক্লিবা ৱারীমচাগী লাইরিক 'চীংগী লম্মৈ তমগী থাউমৈ' অসি অইবগী থম্মোয়দা লেপ্তুনা চেল্লুরিবা সাহিত্যগী ঈচেলদু ঈমায় চোল্লি, ঈরৈ কল্লি হায়বদু তাক্লিবা ঈহুলনি। ৱারীমচা ২০ য়াউবা লাইরিকসি টাইপ সেংটিং লোইরকপদা পাজহৌই। লাইরিক অসিদসু মখল মখা কয়াগী থিমদা মদুক শূদুনা সমাজসিগী চৎলিবা খোঙচৎ অসিগী লায়ওং খঙদোক্লবা হোৎনরি, মিত্তল তিদে। অমা অনীদৎ লৌখৎলবনা 'ইতিহাসনা হুন্দোকপিরবা পুন্সি' হায়বা ৱারীসিদা করম্না মী ওইবু ফিদম্লফম থোকপগে হায়বদু উৎলি। মিংথোল পীরিবা ৱারীমচা অসিম রুদা অইবনা নুংশিবদা যুমফম ওইদুনা চীং-তমগী অপূনবা শাগৎনীংবগী মহৌ উৎলি। 'লম্মাঙনবা' ৱারী অসিদনা হৌজিক মতমদা শেৎলগীদমক নুংঙাইথোক্লিংবা ঈহুলগীদমক লমচৎ কোমথরকপগী মমিদু উৎলি--

- "লম্মাঙনববু কনানা পামগদগে? অদুবু লম্মাঙনবা শারগা পম্লুং ফঙগে নীংবা... ... নৈরম্লোই খল্লুবসু যাদে।"

অদুগা অইবগী চাংদম্লবগী মওংসিসু অনৌবা খূথা চাংয়েং তৌরি–

"... ... রোজিবু কলেজদা অহানবা উবা নুমিৎ অদুমক্তদা চীংলেম্বগী পৃক্লীংগী কেনভাস্তা মচু তরেৎনা তিল্লবা নুংশিবগী চুমথাং খনগ্রবনি।"

মেটাফিজিকেল পোইন্টশিংগী চাংদম মওং নীংশিংহল্লি।

নেরেটিভকী মওংদি অয়াঙবা শগোলনি। কদায়দনো ঙাইহাক্তংগা লম্বনবিবা নত্তে।

সমাজগী অশেংবা মশক্কুদং উবা নত্তবা, উরিবা শক্তম অদুদা য়াওবা ফজদবাশিং অদুগী মমিদু য়েংজবগা চুমথোক-শেমদোক্লীংবা ঈথিল পীবা ঙম্না মিংশেল ওইহল্লীংবদি লৈ।

লাইরিকসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিস্ট্রিক মশাগী খুৎথাংদা ফোঙনবা নীংশিংবিরকপগীদমক পরিষদ মশাগী থৌপুবা ওইনা হরাওবা ফোঙদোকচরি। অইবা সাহিত্য কুইনা শৃখিসনু।

তাং ০৩/০৮/০৯
লমদিং

সনসম নবদ্বিপ
সেক্রেটরি
মণিপুরী সহিত্য পরিষদ
থৌবাল মশা

# অইবগী ৱারোল

হৌজিক থৌ চিন্নরবা মতমসিদা ঙাইহাক শংধদা পাবা য়াবা সাহিত্যগী খৃৎই অমতং হায়বা তারগদি ৱারীমচা ওইফম থোকপ্রা খল্লি। হৌখিবা চহী কুনলোমগী মনুংদা খ্বাইদগী মশীং য়াম্না ফোঙখিবা লাইরিকসু ৱারীমচা অমসুং শৈরেংনা ওইরি। অদুবু শৈরেং পাবিবা মীগী মশীং য়াম্না তাঙবা মরম্না ৱারীমচাগী অনীশুবা লাইরিক 'চীংগী লম্মৈ তমগী থাউমৈ' অসি পুথোকচবনি।

শৈরেং অমসুং ৱারীমচাগী লাইরিক কয়া হিদান্ননা ফোঙনরকপসি উরগা কবি শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা সিংহগী য়াম্না মমিং চৎপা শৈরেং মতেক অমা নীংশিংলকই, "লাইররবী ইরোম্নি/খঙদবগী হায়বনি/মৈতৈ কবি লাকখিনি।" ইনরিবা ফোঙনরিবা ময়ামসিগী মনুংদা অশেংবা কবি সহিত্যকার খরদি শোয়দনা য়াওরম্লনি। হৌজিক অসি মৈতৈ সাহিত্য, লোল অমসুং ময়েক চাওখৎনবা হোৎনবদা খ্বাইদগী থৌ চিন্নবা মতম্নি। চহী চহুম্লোম চৎনরুদ্রবা মীতৈ ময়েক চৎনহন্নবগী অকনবা কলচরেল রিভোলুসনগী মতম্নি। হৌজিকমক মীতৈ ময়েক্তা ফোঙবদি খর ঙনমনগদৌবনিনা হান্নদগী চৎনরকপা বঙ্গালিদা অদুম্মক ফোঙনরি। লাইরিক মশা অমদা ময়েক অনীমক্তা ফোঙবসু য়াই। চহী তরা-কুনগী মতুংদদি মীতৈ ময়েক্তা ফোঙবা সাহিত্যগী লাইরিক ফনা য়াম্না উরগনি নীংই।

নুমিৎ খৃদিং থৌদোক-ৱাথোক কয়া থোকই। থৌদোক খৃদিংমক ৱারী ঙাক্তনি। অদুবু থৌদোক অমবু ইচম চম্না লীবখক্তনদি সাহিত্যগী মনুং চনবা য়াবা মচল অমা ওইবা য়াদে। অইবগী কল্পনাগী মিৎয়েংখক্তনা উবা ফংগনি। পুক্নিংগী প্রিজম(Prism)দা য়াওরিবা মচু মখল-মথেল। মচুশিং অসিবু ফোঙদোকপা ঙম্বা ৱাহৈ-ৱাতা অইবগী থম্মোয় কাচিন্দগী মদোম থোকচরকই। মীপুম খৃদিংমক শৈশকপা ওইবা ঙমদ্রবসু ঈশৈ নুংশি নত্তগা নুংশিদে খঙবা ঙম্বগুম ৱারী অমবু সাহিত্যগী মচল ওইরবরা নত্ত্রগা চুম্না পাউ তম্বরা হায়বদু পারগা খঙবা ঙমগনি।

চাক থোংবা থোইনা লুবা থবক নত্তুবসু হাওনবা থোংবাদি লায়দবগুম ফজবা নুংঙাইবা ৱারীমচা ইবদি লায়দে। ৱারী-লীবা হৈতবা মীনা লীবা ৱারী তানিংদবগুম হৈফাত্তবা মীনা ইবা ৱারী পাবদা নুংঙাইফম থোক্তে। সনা শাবদা, উ-শূবদা দিজাইন পুথোকপা-হৈবা অমদি খুৎ-চেৎপা লৈবগুম ৱারীমচা ইবদসু লৈফম থোকই।

ঐগী ৱারীশিংসি ঐঙোন্দা অমদি ঐগী অকোয়বদা থোকখিবা থৌদোকশিংদা শাগৎপনা অয়াম্বনি। থম্মোয় শোক্লা হায়বা ৱাদি থম্মোয়দা পানগল্লি। অদুবু, ফনা থম্মোয় শোক্লা হায়বা নত্তুগা কল্লা ওইরবসু, মায়তা ফজদবা য়াকা ফজদবা মীনা কল্লদি নোক্লিংবা ফাওদবসু নত্তে। অদুবু শৈরেং পাবদা হকাম চল্লবা মরুপ খরনা ৱারীমচাসু ইয়ু হায়বদগী খুৎ থাজখিবনি; ঐগী শৈরেংদগী ৱারীমচানা হেন্না নুংঙাইতে হায়রীরক্লবসু করিমত্তা ৱারৌজবোই।

অরোইবদা লাইৰিক অসিবু অথুবা মতমগী মনুংদা পুথোক্লবা হোৎনবিখিবা সাজৌ চেংলৈ অমদি মহাক্কী মচাশিংগী 'চেংলৈ প্রিন্টর্স, য়াইরিপোক খোইরোম অতাউবুং কৈথেল'বু হন্না হন্না থাগৎচরি।

নহাকপম বীরেন
লমদিং
পিঃওঃ - ৱাঙ্জিং
পিন নঃ - ৭৯৫১৪৮
ফোন নঃ - ৯৮৬২৭১২৪৭৬

# য়াওফম তাকপা



---

## ইতিহাসনা হুন্দোকপিরবা পুন্সি

*"মীপাল তাংদনা পাঙ্গলক্তনা শূরগা হিংগনি খনবসিদগী হেন্না বাংবা অমদি কক্তবা করম্বা ফিদম অমমুক পৈরিবগে।"*

* * * * * * *

মীয়াম্না মাবু 'তাইবোতোন' কৌই। অঙাং অমনসু হেক্তা কৌই 'তাইবোতোন'। মদুদা মহাক খক শাউদে। তাইবোতোন হায়বসি মহাক্কী যূম্নাকা মিংগা পুনবগুম খঙনৈ। মাগী নঙ্গন্দবু যৌথ্রবদি ফনা লুম্না পোৎ ওইরবসু পুবা ঙমদবা নৈতে। মানা পোৎলুম পুবদি থেঙ্গুনা লেংঙম-শাঙমদনা চৎপগুম য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। অসুম্না চহী কুইনা কৈথেলগী পোৎলুম পুরকপদগী হৌজিক্তি মাগী মনঙ্গন্দু পোল্লে।

হুমাংমনগীদমক থোইনা মস্তিক্কুবা নৈতে। অদুবু করিগুম্বদসু নোকফেৎ তৌরগা শোম্থাংননা হায়রম্মী 'খরদি য়াম্মন্দেকো'। চহী কয়া

মীনা অপী-অপীবা পৈশা অদুতমক লৌদুনা পোৎ থাংবগী থবক তৌরকই। পাঙ্গল কল্লিঙৈদদি পৈশাগী পৈশা ঙাক্তনি খনমাল্লে।

অমুক্তি মাগী মরী-মতাশিংনা মাবু অহল ওইরে, থবক শুরগনু, মখোয়গী নাক্তা লৈরুরসি হায়দুনা নমদুনা পুখি। তাইবোতোন য়াম্না চৎনিংদনা চৎখি। চৎলমদাইদা মাগা লোন্দিন্নজবা হোটেলগী ঐগ্যা গৌরহরিদা হায়রম্মী, "ঐগ্যা! ঐ অমুক লাকখিনিকো।"

তাইবোতোন্না রাংজিং কৈথেল থাদোক্তুনা চৎপা হায়বসে থরাযনা হকচাং থাদোকপমুক বজে। মাগী মরী-মতাগীদা মতম খর লৈরুরবা মতুংদা কৈথেলদা তাইবোতোন অমুক হন্না উখি। কৈথেল অসে মহাক্কী তৎন-থান্নবা য়াদ্রবা ময়ুম্নি. থবক শূফাম্নি অমসুং পূম্নমক্কি। তিন্নখিবা অমসুং লৈমিন্নখিবা হায়বসিনা মরী-মতাদগীসু হেন্না লুই অমসুং নুংশিনৈ হায়বসে মহাক্কী চন্নবা পুক্নিদগী খঙবা ঙম্মী।

মাগী মরী-মতাশিংনা পীরা মোল্লবা ফমুং, হাউরবা মখোলশিংদো খোয়দারুবা লৈতে। মানা পোৎ থাংবদগী ফংলকপা পৈশাদুনা হোটেলদগী চাক লৈদুনা চাবা অমসুং মীগী মল্লবা তেকথরবা দুকান অমগী মনুংদা চঙদুনা পোথাদুনা লৈবা অদুখক্তনি মানা পামজবাদ । মহাক্কী হিংবগী থাক নেমজরবসু ৱাখলগী থাক্তি থোইদোক্না ৱাংই। মীপাল তাংদনা পাঙ্গলতনা শূরগা হিংগনি খনবাসিদগী হেন্না ৱাংবা অমদি ফজবা করম্না ফিদম অমমুক লৈরিবগে? মানা নোংমগী তাল্লকপা পৈশা অদুদগী অচোইবা খব থাইদোকখ্রগা মাগা হেক-হেক লোয়নবা অঙাংশিংদা পীথোকই-য়েন্থোকই।

ঙসিদি তাইবোতোনসে থবক্তা কনমনবা, চাবনা মচি ওইবা চিঞাক চাদবদগী নোংমা নোংমগী মশা শোঙ্জিল্লক্লে। মীগী পোৎ থাংবসু

ঙমশিল্লক্তে। অদুবু চাদবদি য়াদে ; হান্নদগী নক্লজরকপা ঐগ্যা গৌরহরিগী হোটেলদা অদুম মচারি। মশাদু খজিক্তং হেক নুংঙাইরকপগা পোৎ থাঙ্গদবগী থবক শূগদবগী হেক্তা হোৎনৈ। মদুমক্তনা মাগী মশাদো হেন্না শোকচিনখিবনি। অদুবু মাগী মরী-মতাগীদা চৎকে হায়বদি থক খন্দে।

নুমিৎ কয়ানিমরুম মীগী হোটেলদা লেম্মা চাবদু নুংঙাইরক্লুমাল্লে। তাইবোতোন্না উগী খুরুম জুরা অমা তোংলদুনা সড়ক মথক্তা তপ্না তপ্না চৎলি। ইম্ফালদগী গাড়ি লাকপা ঙাইর্বি পোৎ থাঙ্গদবগী। ইকুই কুইদনা গাড়ি লাকই,· খাগ্লিবা গাড়িদুগী মনাক্তা চঙশিল্লি। অদুবু দুকান্দার অমত্তনা তাইবোতোনবু পোৎ থাংঙু হায়বদি লায়রদনা কৌবা ফাওবা কৌবিদ্রে। মতম অমদদি দুকান্দার খুদিংমক্তা গাড়িদগী মঙক থিন্দোক্লদুনা 'তাইবোতোন, তাইবোতোন' হায়না খোঞ্জেল হৌনা লাউরদুনা পোৎ থাংবিরুলাও হায়দুনা হনবা তান্নরম্লনি। অদুবু ঙসিদি মচানমক্তা 'পোত্থু ঐ থাঙ্গে' হায়বফাওবদা কনা অমত্তনা তাশিন্নদ্রে। মবমদি মতাক্কী পাঙ্গন্দ অসুক্কী মতীক শোনদ্রে; অদুবু পাঙ্গল শোল্লে বারগনি খন্না নুংশিবিদুনা পোৎ থাংহনখিদবদি নত্তে। পাঙ্গলশোংনা মতাকপু নুংশিবা ওইরম্লবাদি 'পোত্তি থাংলনু, পৈশা তরাদংসি লৌরো' হায়বফাওবদংদি হায়বমগনি। মবমদি ঙসিদি মতাক পৈশা যাম্না দরকার ওইরে, মদুমক্তনা শোল্লবস্ন শোন্না পোৎ থাঙ্গে হায়রুবনি।

অদুব মশা শোল্লবনিনা হান্নগুম যাম্না ওইজনা পাঙ্গল তেক্লা শিজিন্নব য়াবরোই মতাগুম মীয়াম্না তাইবোতোনবু লাপ্না খন্নরক্লে। মশক থীরবা মপাঙ্গল শোল্লব অঙল অসিগী তপ্না থাংলবা খোঙথাঙ অসিদগী নুংশিরবা সুর অমা থোরক্লি--

''সংসার পূন্নমক, শূরগা চাগদবানি।''

তাইবোতোন্না অয়ুক ঙস্তা হৌগক্লনা মোরে-গাড়ি ঙাইরি। নুমিৎ খুদিংগী গাড়ি তোংলকপশিংদগী পৈশা নিরি। অসুক থবক কনবা নুপা

অমগী পুন্সিবু চাক্লিবা অমগুম লোইশিলহল্লিবসে ঈশ্বরমক্লা ওইরিগদ্রা? অদুবু ঐগ্যা গৌরহরিগী হোতেল অমসুং মোরেগী গাড়িনা তাইবোতোনবু শিদ্রিফাওবা থাকপদা তাপ্রমাল্লে!

নোংমা অয়ূক ঐনা থবক অমা চৎকে হায়দুনা থোরকপদা সরক ময়াগী পোৎফম অমদগী ঐবু তাইবোতোন্না শোন্থাংননা কৌরকই। মহাক্লা হায়রকই–

"ইবুংঙো, ঐবু ঐগী লৈফম তান্না খূৎ শমদুনা অমুক্তা পুবিয়ু।" ঐনা মঙোন্দা হায়খি–

"অঙাং অমবু থিলহনগে, তাইবোতোন, ঐ অথুবা থবক অমা চৎকদৌরিবনি!! অসি হায়রদুনা ইনাক্তা লৈরম্বা অঙাং অমবু কৌশিল্লগা তাইবোতোনবু মাগী লৈফম শঙ অতেকপদু তান্না খূৎ শমদুনা পুহনখি।

ঐগী অচিনবা থবক ফনা লৈদুনসু, তাইবোতোনবু ইশামক্লা থিল্লম্বা য়াবনি।অদুদা মাগী মফি-মরোলশিং অদু হায়নিংঙাই লৈতনা মোংখ্রে, খুজিলশিং অদুসু অকিবা ফংনা চাওখ্রে। করিগুম্বা তাইবোতোনবু ঐনা খূৎশমদুনা সরক মথক্তা পুবা তারবদি কৈথেন্দা লৈরিবা ময়াম্না ফাগী-ফরাং খরা তৌরকপা তারে হায়বা থয়ায়নবা রাখল অমা খল্লুদুনা ঐ ইশামক্লা মাবু থিনখিদবনি।

নোংমা নুমিদাংরাই ঐনা ইম্ফালদগী হল্লকপদা, তোর্ববান্দা পোৎলোইবগী মৈরীনা রাংনা কারিবদু উরম্মী। পোৎল্লোইরিবদো অতৈ কনাসু ওইরমদ্রে– নোংমা পাঙ্গল শোনমনখিবদগী ঐঙোন্দগী মতেং নিখিবা, অদুবু মতেংদু ইশামক্লদি পীহৌদ্রবা 'তাইবোতোন' ওইরম্লে। তাইবোতোন্না ঐঙোন্দা রাখল খন্ননবা মচাক অমা পীরম্লগা মতম পুম্বগী ওইনা চৎখ্রে।

মশাগী লৈজবা পাঙ্গল পূম্বা মীগী কান্নবগীদমক্তা কথোক্লম্লগা শিখিবা খুৎশি অসিদগী হেন্না ফজবা অমমুক লৈরর্মাখিগদ্রা? মহাক শিখিবদা শৈথাবিনবা কনা লৈত্রবসু মালেম লৈমনদি নুংশিনা মথানুংদা কেন্সিনবীগ্রবনি।

কৈথেল অসে নোংমা অচৌবা সহর ওইরকপা য়াই। অদুবু কৈথেল অসিগা তৎন-থানরক্ত্রবা তাইবোতোনগী পুন্সি ব্রারীবু কনানা লীবীহৌগদগে? মহাক্তি মীনা মশক খঙবীদ্রবা তোল্লবা শিন্মী অমনি। মশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্লগা মীগী নুংঙাইনবগীদমক মপাঙ্গল পূম্বা কথোক্লম্লবা তাইবোতোনগী পুন্সিদি ইতিহাসনা হুন্দোকপিরবা পুন্সিনি।

* * * * *

## মুৎথ্রবা লাইবক্কী সিন্দুর

*'নঙ্গেগী থোঙাউন্দা লাকচবা অতিথি অমবু মরমসু পীদনা থো গম হেক্তা...!'*

*   *   *   *   *   *   *

হৌজিক সরমিলা মপুং-মরৈ ফারে। মথোং কারকপগী ঈথক্লা থম্মোয় পানা ঈহৌরক্লে হায়বদু মাগী মাযথোঙদা তানিবা লেইনাইদ্রবা মিনোক্কী মঙাল অদুনা তাকই। হকচাং কযাৎশিংনা নোংমা নোংমগী অতিয়া তম্না ঈহৌনরক্লবদা ইকায়-নুংশি য়াচিক্লরদুনা হয়েংগী পুক্সিবু খৌরাংনা ঙাইবা হৌরকই। ফজবগী মথক্তা চীং-লেম্না অমসুং হাপকৎলক্লে।

পিশক পিক্লিঙৈদগী খৃলোকপি শান্নরে শান্নমিন্নরক্লবা, মার্বোন কাপ্লে কাপমিন্নরক্লবা সরমিলা অমসুং সুরেন, মতম্না মখোয় অনীবু লাপথোক্লহনখ্রে। নৌবিবা থম্মোয় অনীবু পুনখিবা উঙমদ্রবা নুংশিথৌরী

অদুদি খক তৎখিবা লৈতে। সরমিলাগী মমানা মচানুপীবু সুরেনগা তিন্ন-তোৎনদনবা কন্না ৱারক- ৱাতেমখ্রে। লেপ্তুবা ঈচেলবু থিংখিবদগী মৌখৎলকপা ঈশিংনা তনিক্লা খাঙজবগুম সুরেনগী থম্মোয়নুং ৱানা মদোম খাঙজখি। অদুবু হংবদি লেপ্তে থম্মোয়গী মপাউ। কুইরবগী তুংদা সরমিলানা পাউখুম্নকই –

"ঐবু লান্না লৌবীগনু, ঐগী ৱাখল হোংবা লৈতে, হোংসু হোংলোই, মতম্না নঙ ঐবু লাপথোক্লুহনখিবসি খল্লুবদা অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অদু কয়াদা কল্লকখ্রবা!"

চিংগী মবোন্দি তেল্লি, অদুবু মচনশুনদি য়াওরে। ঈতিনফম লৈতবনা মৌখত্তুনা লৈরম্বা ঈচেলনা ঈথক হৌরক্লুনা থিংলম্বা পল নমখায়বক্তুনা ঙসিদি পিরাংগী মশক ওই সুরেনগী মীৎলু অনীদা মনীং তম্না চেন্থবকই।

সুরেন পি.ইউ.সি.(সাইন্স) ফর্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌদুনা দিল্লিদা মেদিকেল তম্বা চৎলবগী থৌরাং পূম্বা লোইরে। মতমদু সবমিলা ক্লাস টেন তন্না। ফংৎলক্লবাদ ঐগী মী ওইনিংবা হায়বসি মশানা ভাবনি। চৎকদবা নোংমা ৱাৎলিংৈদা সরমিলাগী মমানা সুরেনবু চাক কৌই। অঙাং ওইরিঙৈগী মতমগুম ঙসিদি সরমিলা অমসুং সুরেন পুখম অমত্তদা চাক চামিন্নৈ। সুরেন্না ফাগী ওইনা হায়রকই –

"ঙসি চামিন্নরিবা চাক অসিনা অরোইবদি ওইহনগুমসিকো।"

"চাকপু অমুক চাবগা তোক্লবদি মী শিরেদনা।" সরমিলানা নোক্লা নোক্লা খুম্মী। মখোয় অনীমক নোকমিন্নরিঙৈ মমানা পর্দা-মরুমদগী হরাওনা য়েংৈজে। চৎলমদাইদা সরমিলাগী ঙৌরবা পাক্লবা লাইবক্তা সুরেনগী য়েৎথংবা খুৎনিংথৌদগী শেংলবা যৌবনগী ঈরিক্লা সিন্দুর ওইনা নমখি। থম্মোয়গী শেংলবা ঈচেলনা নুংশি-ঈপাক্তা তিনখ্রবদা কনানা ওল্লুবা ঙম্লগনি ঈপাক্লুগী অরুবা।

দিল্লিদা লৈরিঙৈদা নোংমা সুরেন্না আগ্রাগী তাজমহল য়েংলুই। ভারতকী মনুং অমসুং মপানগী ভিজিটর কয়া কয়ানি লাক্লিবা। তাজমহলগী মনুংদা শাবী-শানৌ কয়া লেঙ্গোন্নদুনা য়াম্না নুংশিনবা মতৌদা চঙমিন্নবসু য়াওই, অচোপ্পা নত্তে, অরেম্বনি। তাজমহল নুংশিবগী অমর খুভম্নি। নিংথৌরেল সাহজহান্না মাগী থব্বায়গী রানী অর্জুমন্দ (মমতাজ হায়রগা থোইনা খঙনবী)গী মোংফমদা শাখিবনি। অহল ওইরবা নিংথৌরেলবু মচানুপা ওরঙ্গজেবনা নিংথৌ খুভমগীদমক জেলদা থমখি। জেলগী চেকপল মনুংদগী সাহজহান্না মাগী পুন্সি লোইবা ফাওবা মিৎকী পিগা লোয়ননা তাজমহলবু য়েংজখি। সুরেনসু তামহৌরবা ময়ূম মায়গৈদা ওন্দুনা অতিয়াগী লৈচিলবু য়েংজখি।

চহী অনী হৌখিবগা লোয়ননা এম.বি.বি.এস.কী অনীশুবা চহীগী পরিক্ষা পীরম্লগা সুরেন কালেন ছুটিদা য়ূমদা থোরকই। সরমিলাগী মরমদা থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইরবা পাউ কয়া তানবা লাকপগুম থোকখ্রে। নোংমনা কার তোংদুনা টুরিষ্ট হোমদা, অমুক্না মীনৌ খরগা সিনেমা হোলদা, অমুক্না  ব্রার সিমিত্রিদা নুমিদাংৱাইরম অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। মণিপুর থোরক্লমদ্রবসু ফরমগনি।

সরমিলাদু ইনাক খুনবা নুপা অমদা লুহোংগদবা কুইদ্রবনি। মসিগী পাউসি সুরেন্না মপান্দা লৈরিঙৈদা মরুপ-মপাংশিংনা খঙহল্লকখিদবদি মহৈ মশিং তম্বদা অকায়বা থোক্কনি খনবদগীনি। সুরেনগী থম্মোয়দা তারিবা নুংশি শক্তমদো অকিবা ফংলবা ফিজেৎনদ্রবা শরূগী মুর্তিগা চপ মান্নরক্রে, মী হাৎলুরবগুম সুরেন মীৎকূপ অমত্তং ফাওবা পোখাফম খঙখিদে।

ঙসি অহিংগী দৃশ্য অসিদি পূক্লিংদা ওহ্লোক্লা নীংঙমদবগী মমি তাখ্রেদা– ইঙাগী মঙানি পানবা কুমগী নোং মপৈ-মপৈনা থাজবু

খঞ্জিনখিবনা মালেম লৈমগী নীংথিবী শকফমবু মপূংফানা উবা ফংখিদ্রে। নোংলক্কগী লিখোরকপা থাজগী মুশি মুশিবা মঙান্না মাঙ্গোলগী উখোংদা ঙাদুনা লেপ্লিবী সরমিলাদা ঈংনা তপ্না য়ৈরুরি। অরুম্বা ৱাখলনা খোঙথাং তপথহল্লবা, ৱাখলগী লংজিন পূনখিবনা খূৎ তুংবুন্নরবা, মায়থীবগী চৈনানা মায়থোং লূক্লবা কনাগুম্বা অমা ময়েক শেংদ্রবা থাবল মরক্কুদা সরমিলাগী মমাংদা তুমিন লেপ্লরি।

মফম অদু হান্নদগী শরুক চাম্মা হেন্না চিকখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা অচিকপদু থুগাইদুনা নূপাদুনা হায়রকই –

"সরমিলা, নঙগী য়াইফবা পাউ ঐ তারে। অদুবু অঙাং ওইরিঙৈগী মকপ্লি খন্দুনা চমথোক্লসি লাকপনি।"

"কৈদৌঙৈ লাকপগে?" সরমিলানা তপ্না হংই।

"নঙগী লাইবক্তা নমখিবা ঐগী অঙাংবা ঈরিক্কী সিন্দুরদো নখূৎমক্না মুথংখ্রে হায়বা হান্না খঙজরম্লবদি ঐ লাক্লমদবা য়াবনি। নঙগী থোংঙজিন্দা লাকচবা অতৈংই অমবু মবমসু পীদনা থোঙ গম হেক্তা...!"

"সুরেন, ঐ নঙোন্দা লানখ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু।"

"সবমিলা, নুংঙাইনা পাল্লু, ঐঙোন্দা ফাওরিবা মৈচাকসে নঙোন্দদি মরিক অমত্তা ফাওদবা ওইয়ু।"

মুশি-মুশিনা ঙাল্লম্বা থাজদো লৈচিল মপৈ অমনা খঞ্জিনখিবগা নোংগী মরিক মরিক্না উনাথক্তা পোপ পোপ তারকই। সুরেনগী মিৎলু অনীদগী নীংঙমদবগী ঈরিক খরদং লৈমায়থক্তা তারকই। নোংনা লেপ্তুনা চুশিল্লকপদা সুরেন খোঙথাং তপ্না তপ্না থাংলদুনা মকোক নোম্থরগা থোকখিবদু সরমিলানা মাঙ্গোলগী উখোংদা ঙারগা য়েংদুনা লৈহৌই।

* * * * *

## শিরগা শীংথানৈ

*"হিংলিঙদনা লল-লৈবা অমদি শক্তি পায়রবশিংবু শীংথানৈ, শিরবা কান্দনা মীনুংশি হৈবা অমদি নুংগী শক্তি লৈবশিংবু শীংথানৈ।"*

* * * * * * *

ওজা চন্দ্রনা থবক তৌরকইবসি ফনদি মকুইরে। অদুবু ঙসি ফাওবদি ইমুংগী ফিভম থোইনা ফগৎপা উদে। মাগী হায়ববু থায়নগী ইংলিস হন্বর অমনবা অমা, মঞ্জুনবা ফৈজোম অমা অমসুং গেরুব্রা মচু হাইফেৎ চঙবা খাদিগী পুময়াৎ অমা, শউনগী শেন্দল অমা। তৌবগীদি মফি-মরোন্দি তনান-তনাল্লি। অদুনবু ওজা চন্দ্র হায়না ময়াম্মা খঙনরিবনি।

ঙরাংদা অফিসতা থবক তৌখিবা মামক্লা তম্বীখিবশিং ফাওবনা দলান মথোল-মথোল হাপকৎলকইবা, গাড়িনা লৈখৎনরকইবা,

অমুক্তোইবা মহানি। মচাশিংবু ইংলিস স্কুলদা থানবা লাওনরিবা, পিজরিবা-পিথক্লিবা,' শেংহল্লিবা-চাহল্লিবা, গাড়িনা থিন্দোক থিঞ্জিন তৌরিবা, নুপী অঙাংশিংনা শিরিবা চারিবা লিক কোন, নোয়খ্রিবা পেনখ্রিবা মশা মউশিং, উবদা শিগনি হায়বা হেক কাউই। ইমুং মনুংদনা খোংইবা লাওইবা টিভি, টেপ-রেকোর্দর, চপচাবা ইংলিস সোসাইতিগী মতৌনি। ভিজীটর কয়ানা নোংমগী মনুংদা উনবা লাক্লরিবা, থারিবা সোফা, খিল্লিবা গোদ্রেজ (অম্বাবি), থিনরিবা পীনরিবা পৈশা ময়াম, হিংবগী চপচাবা মহাও হায়বদু খৃৎ অনী চঙদুনা হুকপা হেক ফংবগুন্মী।

ওজা চন্দ্রবু উনবা লাকপশু য়াওই, মখোয়শিংদুদি সাহিত্য অমসুং সমাজ সেবা পাম্বা মীওই ওাক্তেনি। সভাগী লাইরিক ফোঙগদববু পৈশা লৈতবগী, মমাঙদা ফোঙখিবা লাইরিক্তা পৈশা মাঙখিবগী, লাইরিক পাবা মশীং য়াম্না ব্রাৎপনা মথং ফোঙগদবা তন্থরকপগী ব্রারী কয়া শানৈ। অদুবু শিংপা শিত্তবা, মাগুবা-মাঙদবা, ফোঙবা ওল্লবদি অইবশিংদা চাউরবা থৌনা অমনি হায়বা ময়াম য়ানৈ। অদুদগীদি ওজা চন্দ্রনা শৈরেং মতেক অমা থিধরকই –

"পামদে চেক্কী মন্দির
ব্রাংনা শাবগা অমুক্তং
মনদুনা লৈবা মতমকুইনা,
শারুসি লৈগী মন্দির
তাউখংনবা মতমগী ঈথক মথক্তা।"
(মসিদি কবি কমলগীনি।)

জর্নেল অমা ফেংলম্লগা মখা চথবা ঙমখিদবগী ব্রারীসু শানৈ। অফিসতা য়োনবা থিংখিবনা শেল মাঙবগী মরম অমনি। লাইরিক, জর্নেল লৈরগা পাগন্দবা মৈতৈমচাশিংদদি হারগা য়োনবসু দরকার ওই। চুন্মী

লাইরিক জর্নেলনচিংবা য়োল্লবশিংনা অফিসাক থবক শূবদা অপনবা খরদি থোকহল্লি। হৌজিক্তি য়োনবদা অথিংবা থল্লবনিনা অফিস খূদিংমক ফজ-ফজনা থবক শূনরম্লগনি খল্লি।

জর্নেলনচিংবা পাজনিংবা নহারোল কয়া অমনা শেম্লোক লম্বী লৈতে। অদুবু পোৎনবু মগুণ লৈরবদি লৈবিনবা পাবিনবা মী মশীং ব্রাত্তে। হৌজিক্তি মীয়ামসি হিংনবগী লানফমদা থব্রায় লুপ্লি। লাল অসি লোইরগা ব্রাখল লৌশিংগী চাংয়েংনবা অমা লাক্কনি। মতমদুদা সাহিত্যগী মফম চাউনা ফংগনি। অদুবু থবক্তি লেপ্পা য়াদে। নৈনবা খূদিংগী কান্নবা ফংই।

ওজা চন্দ্রগী নুপী (মুক্তামনি) সনা-লুপা কেবা-মৌবা থায়নদগী পামজরকই, শকসু লামঙান্না ফজবা জাৎনি। হৌজিক মচা পাখঙ লৈশাবী ফারফাও ফজবা হন্দ্রি। অমুক্তি লীক-মরী শাবীদে হায়না শাউদুনা মপামদা চৎলুরবনি। অদুবু চহীনা অহল ওইশিল্লকপগা মচানুপী অহুম্না সনা শাবীয়ু, মচানুপা অনীনা গাড়ি অয়াঙবী মচা লৈসি হায়দুনা আন্দোলন হৌরে। ওজানা মচাশিংদা তাক্কই, "সনানা মীগী মগুণ হেনগৎহনবা ঙমদে, মদুগী মঙান্দা নাপল তৌবদি ঙম্মী, মীগী মগুণদি লমচৎনি ব্রাখলনি, নহা ওইবগী অয়াঙবা গাড়ি তোংদুনা মীমাঙদা পাইনিংবা হায়বসি মশানা তাবনি; পৈশা চঙনা থাউ তিংনা মীমাঙদা শক তাক্কুদ্রবসু মতীক-চাবা মগুণ লৈবা মী ওইবা ঙম্লবদি মীয়াম্না শকখঙনরকপা শোয়দবনি।"
নোংমা অহল অমা ওজা চন্দ্রগী ময়ূমদা লাকই। অহন্দুনা হায়—

- ইচানুপী অমা মেত্রিক থাদৌরি, মদুতবু ঙম্লবদি কেরানি হাপ্লিগে হায়রে, ওজানা খরা য়েংশিনবীয়ু, ওজাগী ঙা চানবা তৌজগে, চাকসু চরা অমত্তা হাউনা কৌজগে।

ওজানা খুম্মী—

- ঐদি পক্কোৎ চঙলে, ঙা চাদ্রে;য়েংশিনবিয়ু হায়গনু, য়েংশিনবীনু

হায়বিয়ু, ওজাশিংনবু ক্রক-ক্রক য়েংশিল্লবদি ছাত্র অয়াম্বা ফেল ওইগনি।

অহল অদু নীংবা কায়খি। মহাক্না চৎলমদাইদা ওজা চন্দ্রদা হায়রম্মী–

- ইবুংঙো, অচুম্বা চৎপসি ফববুদি ফৈ হায়ববু মীচঙদি ৱাৎপনি, ওইজবসু শীৎপনিকো।

হায়রম্মীবা ৱাহৈশিং অসি যুগ অসিগী চপ চাবা খোঞ্জেলনিকো খল্লদুনা ওজা চন্দ্রা ঙাইহাক ৱাখল তৌদুনা লৈহৌই।

চহী খরগী মতুংদা ওজা চন্দ্র শিখ্রে। মহাক্না ফজবা য়ুম অমত্তসু শারমদে, মচাশিংগী লল-থুম সম্পতি থোইনা থনমদে। মহাক্না থনম্বা হায়ববু– খুৎইগী লাইরিক খর (পুন্সিগী ৱা ঙাক্তনি)। অদুগা মহাক্না মচাশিংদা চেকশিন্না হায়রম্মী–

"ইচাশা! নখোয়না অচৌবা মী ওইবা ঙমদ্রবসু, লমচৎ ফজবা অচুম্বা ঙাংবা অমদি তোল্ল-তারবশিংবু নুংশিবা মী অমমমদি ওইয়ুকো।"

চহী খুদিংগী ওজা চন্দ্রগী মপোক নুমিৎ পালন তৌই। মহাক্না ইরম্বা শৈরেং ৱারেং কয়া পাথোক্লুনা নৈনৈ। মাগী চল্লবা পুন্সিগী মরমদা শীংথারদুনা ৱা কয়া ঙাংনৈ। হিংলিঙৈদা মীনা কয়া মীথানখিদবা ওজা চন্দ্র ঙসি লৈখিদ্রবা মতুংসিদা মহাক্কী ৱাখল অমদি থম্মোয়বু য়াম্না নুংশিনা নৈনবা হৌরকই। হিংলিঙৈদনা লল লৈবা, শক্তি পায়বশিংবু শীংথানৈ। শিরবা কান্দনা মীনুংশি হৈবা অমদি নুংগী শক্তি লৈবশিংবু শীংথানৈ।

* * * * *

## তারমদাই নুমিৎকী মঙাল

*"নুপীবু অতোনবনি হায়বা, নুপীবু নেশাঙুম খনবা, পুন্নমক অসিদি অকনবনা অশোনববু তুহৎপগী খুদম্নি।"*

* * * * * * *

ঙসিদি ইয়াংঙ্গেগী নীনি পানবা নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। ইমুং-মাঙ্গোল, লশ্বী-সরক, লৈরক-খুল্লক, কৈথেল-সহর পুন্নমক মচু মচুগী ফিজেৎ লৈতেংলবা নিঙোলশিংগী নিংথিরবা মেলানি। তম্পাক অমত্তদা চাউমিন্নরকপী নিঙোলশিংনা লমদম তাম্না তাম্না ওঙনখিদুনা উনজবা ফংজরক্তবদো ঙসিদি য়াতোন লংনা নোক্তুনা মপাম লমদম পাংনরক্লে।

অদুগৈ থাবলদা কয়া নোকমিন্নদুনা অমুকসু কপমিন্নদুনা থম্মোয়নুংগী ৱারী কয়া নুংলেন্ননা শানখিবা মতারোই কয়াবু উনজবা ফংলগনি খন্দুনা খোঙথাং কন্না থাংলকই। নিঙোলনা মশাবীগী নাক্তা

নীংঙাইদনা চৎখ্রবদা মাপাম লমদম্মা কয়াদা থম্মোয় শোক্লা তেংথাহৌখ্রবা ! অদুবু ঙসিদি কুইনা উখিদ্রবা লৈরাং কয়ানা লৈখোক অমত্তদা শাচ্চবগুম নিঙোলশিংনা মায়োক্লনা নোকমিন্নজবা উবদা মিৎলু-লাইজ ঈহৌনা হরাওজরেনে মপাম লমদম !

নলিনিসু মচা অনীদু পুরদুনা চাক্কৌবা লাকই। মহাক য়ূম্বানবা চহী মঙা হায়রক্লে। অদুবু ঙসি ফাওবা য়ূম্বানবগী নে-তাবা নুংশাম্বর হোঞ্জবা ফংদ্রি। মাগী নুপাদু ইনাকখুনবা, লাইরিকহৈবা মীশক্তি হায়দুনা অহলশিংনা থাজরকপনি। লন-থুম মহৈ-মশিং হায়বসি পুন্সিদা চঙদবা য়াদ্রবা মচাক ঙাক্তনি। অদুবু মখোয়শিংদুদগী হেন্না মরুওইবদি লমচৎ অমসুং ব্রাখলনি হায়বসি নলিনিনা ঙসিখক্তা খঙলকপগুম তৌরি। মাগী নুপানা য়ূমদা হুঞ্জিল্লক্কনি খঙলক্তবা, অঙাং-নুবী লৈরি হায়বা থওইরক্তবা অসিনা ফনা বাত্র-পাদবা ইমুং ওইদুনসু অমদি মনেম-মকুনা ফনা লুন'-চান্না থম্বীদুনসু কবম্মা পূক্লীং লৈতানা লৈজবা ঙমগদগে?

লাইরজরবসু অরৈ-লৈত কোকথোং পুমিন্নবা ফংজবা পুন্সি অদুদা পূক্লীংগী শান্তি ফংগনি হায়বসি নলিনিগী থম্মোয়দা ঙসিখক্তা ফাওরকই। লাইববনি মতীক চাদবনি খন্দুনা মতম অমদা মহাক্লা মীরায়বিখ্রবা নুপাদুগী মফমদা পূক্লীংনা হেন্না ইকায় খুম্নবা থম্লকই। 'ঐ লানখ্রে ঐবু ঙাকপিয়ু।'' হায়জবদা য়াগদবা মতম অদু নক্তবনিনা, মীরায়বিখ্রবা মহাকপু থম্মোয়নুংদা ঈরাচ্চবা নত্তনা শাগন তেক্লবী চেক্লাগুম্বী মানা করম্মা ঈব্রাংমা লাল্লুবা ঙমগনি? নিঙোলনা নুংশিরবা মমা মপা, মচিন-মনাও পূন্নমকপু থাদোক্তুনা চৎখিবা ঙম্বদি মপুরোইবগী নুংশি মিৎয়েং ফংজগনি খনবননি। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবা থৌদোক কয়াসিদা নলিনি মীকুপ অমত্তসু ঈংনা লৈথোক্কে হায়বা ঙমজদে। নোক্লিংদনা নোক্লিংবা মালহন্দুনা, চানীংদনা চানীংবা শাদুনা, মানেম-মকুগী মমাঙদা মতম ফনা শাংনা খাঙলকখি। নলিনিগী

থম্মোয় অতিয়াদি নুমিদাংৱাই ওইশিল্লক্লে। মহাক্কী নুপাদু অতোপ্পা নুপী অমা লৌদুনা লৈখ্রে, যুমদা হঞ্জিল্লকখিদ্রে। মদুদা নলিনি খক ঙকখিদে। হন্দক্তি, পিক্লিবা অঙাং অনীদু পুদুনা মপামদা হল্লগে হায়না মপূক্লিংদা চপ যুংনা লেপখ্রে। মপা ওক্তে হায়দুনা মচাশিংবু করম্না নুংশিরোইদগে? পুন্সিগী হৌরকফম ওইরিবা মমা হায়বসে মচাশিংগীদমক্তদি মনা পূংলবা উপালনি। হৌজিক মহাক্না হৌগত্তুনা চৎকদবা নুমিৎ অদুখক্তং ঙাইরি।

ঐখোয়গী সমাজনা মৌ হল্লকপীশিংবু য়াম্না হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংবিবা অসিমক্তা খল্লুবদা নলিনি খাঙবা য়াবা মখে খাঙলকপনি। নুপীবু অতোনবনি হায়বা, নুপীবু নেশাগুম খনবা, পূম্নমক অসিদি অকনবনা অশোনববু তুহৎপগী খূদম্নি। খোঙথাং খূদিংগী অশোয়বদমক য়েংবীবা অশুক য়াম্না কায়গল্লবা নুপী ওইবীগী পুন্সিবু মফম চানা চেকশীন্না থম্বীগে খন্দ্রীবা মহাক অদুবু থম্মোয়না কয়ারক হন্না নীংঙমদবা ফোংদোকচখি। নুপীশিংবু মতীক চানা ইকায়খুম্নবা সমাজ ওইরম্লবদি মহাক্কী পেন্দবা পূম্নমক ৱাকৎলমগদবনি অমদি পুন্সিবু লৈখা তাহনবগীদমক্তা মংকৎ তাল্লমগদবনি। অদুবু নুপানা ঙম্না পাল্লিবা সমাজসিদা নুপীমচা অমনা কবি তৌরুবা ঙমগনি খন্দুনা পিক্লিবা মচা অনী অদুবু কোন্দুনা কয়ারক হন্না কপচবা নত্তনা উপাই লৈখিদে।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম নলিনিগী মবুং অহন্দু নিঙোল চাক্লৌবগী বার্ত্তন তৌবা লাকই। মবুংগী মশক হেক উবদা নলিনিগী মিৎলু অনীদগী থাম্বা য়াদবা ঈচেল অনীনা লৈমায় তল্লকই। মতম কুইনা মপাল্লমগী কনাসু উদবা অমদি পূক্লীংগী অৱা পোত্থানফম কনা লৈতবনা ঈচেলদু থিঙ্গত্তুনা লৈরম্বনি। ঙসিদি থিংলম্বা পলবু ফাত্তোরকপগুম মিৎলুগী ঈচেল অনীদু লেপ্পা লৈখিদে। মচলগী মতৌ উবদা মবুং অদুসু কপখি। মাগী নুপা অদু খর কোয়গন চৎকল্লি হায়বা মখৈদনি মখোয়না হান্না তাবদি, মচল অদুনা অদুক

থম্মোয় শোক্লমগনি হায়বদি খল্লুদে। নলিনিনা মবুংগী মতুং ইন্দুনা লাক্লগে হায়না তক্লখি। অদুবু মানা নুপা ময়ূমদা লৈনিংদ্রে হায়রবসু নিঙোল চাক্কৌবা নুমিত্তা লাকপদগী হল্লগনু হায়না থেমদুনা থনম্লগা মবুংদু নীংঙমদনা হনখি।

ঙসিদি নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদবু ঙাইবদা যুগ অমা ঙাইবগুম য়াম্না ৱানা খূৎ থেক্লুনা ঙাইনখি। অসিগুম্বা নিঙোলশিংগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসি নলিনিগীদি অমম্বা নুমিৎনি। লক্ষ্মী সরক্তা চৎলিবা অদুক য়াম্বা মীয়ামদো হংনা শাবা থৱায় য়াওদবগুম উখি। ফজবা অশিবা অহিংবা অশিবা হায়বসি পৃক্লীংগী কেনভাসতা তাবা শক্তম অদুমক্লি। নিঙোলশিংনা মথেল লুক্কোয় কয়া চাবা থকপা লোইরগা মতারোইশিংগা হরাও মোমোন্না ৱারী শানরবা তুংদা হরাও-মথোই পুরদুনা মপাম লমদম তুংওইনরকই।

ইঙাগী নোংলিক মরক্তা চুমথাংনা ঙাঞ্জবগুম অৱাবগী মমিনা মকশিল্লবা মায়থোঙদা পূম্নমকপু উজবা ফংবগী হরাও মোমোন মীনোক অমদি নলিনিগী মায়থোঙদসু উবা ফংই। মতারোইশিংনা মাবু উনবা লাকই, অদুবু মহাক্কা লৈথোক্লুনা উনদনবা হোৎনৈ। নিঙোল চাক্কৌবা হায়বসি মাবু করেম্মনবা লাকপগুম খনম্রে।

তারমদাই নুমিৎকী মশেক মঙাল্লা নোংচুপ থংবা অতিয়াদা সনাগী ঈথক হৌহল্লম্বা অদু তপ্পা তপ্পা অসুম অসুম মমশিল্লকপদো নলিনিনা মিৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈখি। শক্তম অসিমক্তা নলিনিগী মথং মথং হোংলক্লিবা পুন্সিগী খোঙচৎকা অমত্তা ওইনা তিন্নম্রে।

* * * * *

# কলাকার

*"যুমপানবদা চঙবা খুল্লৈদগী মরুওইবা পোৎচদোদি গৈশা নত্তে, নুপা নুপী অনীমক্তা অমনা অমবু ইকায়খুম্নানা নুংশিনবা, অমনা অমগী থবক্তা খুদোং থাংনদবা হায়বসিনি।"*

*  *  *  *  *  *

যমুনানা বিদ্যানন্দদা যুম পাল্লকপসি চহী মঙারোম শুরে। মচানুপা অহানবা ফংজবদু চহী অমরোম ফারল্লগনি। পি.ডব্লিয়ু.ডি. দা ই.ই. ওইরিবা মাগী মপুরোইবগী মথোল অনীগী দলাল অদুগী কা খুদিংমক্তা মতমসিগী চৎনরিবা ইমুংগী মপোং মচৈ অমত্তা ৱাত্তে। ঙা অচৌবা, ফি অরুবা, হৈ লৈ ফজবা, ফজবা নীংথিবা খুদিংমক ইঞ্জিনিয়ারগী যুমসিদা হান্না হেক্তা য়ৌরকই। ইঙ্খোন্দা কৈথেল কাবা হায়দু ওইরমাল্লে। ইমুংদুদা মমাগা মখোয় অহুমখক্তনি লৈরিবা। অদুগা ইমুংগী অকুপ অতা হোৎননবা নুপীমচা পুংকক চাউরবী অমগা ইঙ্খোল-শম্বল য়েংশিন্নবা, পাখোল-ইখোল

চৎননবা নেপালী পাখঙমচা অমগসু থম্মী। যমুনাগা বিদ্যাগা থম্মোয় থম্মোয় শকখঙনরগা য়ূম পাল্লকখিবা নত্তে। ঠিকা তৌবা যমুনাগী মবুংনা ইঞ্জিনিয়ার তিন্নবা পামবদগী, অমরোমদা মচলবু নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা থাজনিংদুনা কন্না হায়মনবদগী মবুংগী মায় ঙাকপা ওইনা য়াখিবনি। কুচু কুমেন লম ঙান্না রাশি লৈনা চুঙ ফিবাল চাবী যমুনাগুম্বী অমনা য়ূমগী মৌ ওইবদা ইমুংদুগী মতীক মঙাল শরুক চান্মা চান্মা হেনগৎলিবনি। শক ফজবতা নত্তনা নট ঈশৈগী শৈশকপী ওইনসু মমিং চৎখৎলক্লিবীনি।

শৈশকপী অমনা ইঞ্জিনিয়ার অমগী লোয়নবী ওইবসিদি ওই-চাবা থবক্নি। সঙ্গ তোঙাল তোঙাল্লি। ইঞ্জিনিয়ারগীনা ঠিকাদার ওফিসার মন্ত্রি, অদুগা কালাকারশিংগীনা ওজা-গুরু য়ৈবা-খোংবা অমদি মমান্নবী কালাকারশিং। অমনা— ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা গুরু শিষ্যগী ফজরবা থকশি-খাশি, কালাকারশিংদা নত্তনা মীপূম খূদিংমক্তা ঙক নোনবগী ফিদম্লফম ওইরবা পবন-পরা। অদুগা অমগীনা— নুমিদাং খূদিংগী পার্টি, চানীংবা-থকনীংবা ঙাংনীংবা-শকনীংবদা অথিংবা অপনবা লৈতনা মখোয়না মহেল্লে খনবা ভাক্তগী পার্টি। অনী অসি কয়াদা তায়োন্নরবনো? যমুনানা অয়ূক খূদিং য়ূমগী থবক ইংখাং লোয়শিল্লন্নগা মাগী কাদা ঈশৈ ঔরাইদুনা লৈ। করিগুম্বা কান্দনা ওজা গুরুগীদা চৎলি। মতমদুদা মপুরোইবদি তূম্বা হৌদ্রি। য়ূমদা অহিং থেঙনা হঞ্জিল্লকপা নত্রগা মরুপ মপাংশিংগা পার্টি তৌদুনা লৈখোকপনা অয়ূক্কী পূং নিপান মাপন্দনি য়াহৌরিবা। করিগুম্বা হৌদোক্লরবসু শাউরক্কনি, হৌগৎলকপদা লৈরমদবগীসু বারৌগনি। কয়াদা লুরিবনো!

মপুরোইবগী সেবা মপূংফানা তৌজবা ঙমদবসিদা পূক্নীংদা নিংকোক নিংকোকপা করিগুম্বা অমা ইৱাৎ ৱাৎপগুম ফাওই। অমরোমদা মপুরোইবগী মাঙথরক্লিবা লমচৎ অমদি হকচাং অসিবু পৈশানা কয়ামকুইনা

মেনখৎপা ঙমগদগে খল্লুবদা যমুনাগী কোকচিকপা ওইরি। চীনবান্দি থোক্কনা মদোম হংজে--

"করিগীনো নুপানা নুপীবু পুন্সিগী অশেঙবা মরুপ্পি খনবা ঙমদ্রিবা? করিগীনো নুপীবু ফক্লাং মরিগী মনুংদা খোঙ খূৎ পুন্সিন্দুনা থম্বা পাল্লিবা? খোঙ য়েৎখক্তমক শিংলগা ওইনা পঙদুনা লৈরগা করি কান্নরিবা?"

অসিগুম্বা ৱাখল ময়াম অসিনা যমুনাবু হৈনীং শিংনীংহন্দে, তুফক তুফাই চলহল্লি।

অমরোমদা বিদ্যানন্দনা শৈশকপী অমবু লোয়নবী ওইরুবা করিনুংগীনো হায়বদু য়ৌরে। নুপীনা মাগী সেবা তৌনিংদ্রে, মাবু মীরায়রে খন্দুনা অরোয়বী থাদুনা শাউরে। নোংমদি বিদ্যানন্দনা হায়--

"যমুনা, নঙগী ঈশৈ শকপা কোয়চৎ চৎপদু তোকও।"

"পূম্নমক ঐ য়াজগে, ঈশৈ লেপ্পা হায়বা অদুদি হায়বীগনু।"

"নঙনা চৎলিবদু পৈশাগী নত্ত্রা? নুমিৎ খূদিংগী য়ূমসিদা চঙলকইবা পৈশা ময়ামসি লৌশিন্নবা হোৎনগেদি খন্দ্রগা কোয়চৎ চৎপা অসুক য়াম্না পাল্লিবসিবু ঈরাংতৌবা চৎলিবরা?"

যমুনানা মমিত্তা ঈরা চেন্না হায়জে--

"ঐঙোন্দা মদুম্না তাপীগনু, ঐখোয়গী শিনফমসিনা য়ূমদা সুম ফমদুনা লৈথোকপা য়াদদুনা তৌবনি।"

হন্দক্তি বিদ্যানন্দনা অয়াকপা খোনফমদা থারকই--

"নঙনা য়ূমসিদা লৈগে খল্লবদি ঈশৈ শকপা তোকপা তাবা, ঈশৈ থাদোকপা ঙম্মোয় হায়রগনা য়ূমসি থাদোক্কনা চৎখিবা তাবা।"

মপুরোইবনা হংলিবা ৱাহংসি যমুনাগী মফমদা ওম্থোক্লা লুপ্তবা ঙাক্তনি, পুন্সিগী লুরবা ৱাহংনি, পুন্সিগী মায়ওন অমদি লাইবক লেপকদৌরিবনি। অদুবু লুরিবদি যমুনাদি ঈশৈদা থৱায় হকচাং অনীমক লুপথ্রে। নুপীবু নুপাগী ইচম চম্বা মমি ওইনা লৈবদুদি মহাক পামখিদে।

মহাক্কীসু ফিরেপ অমদি লৈজৈ। য়ূমগী নুপী অমা ওইনা মানা হেক ঙমজবী থাক্তা মাপুরোইবগী সেবা তৌগনি, অদুগা মাগী বিদ্যা অসিবুদি কনা অমত্তনা থিংবা য়ারোই। কলাকার অমগী থম্মোয়দা ফজবা, অফবা, অচুম্ববু ঈরাচ্চবদো ইঞ্জিনিয়ার অমগী ইমুংদদি ফংলরোই খল্লুবদা পোথাফম খঙখিদে। নূং অনীগী মরক্তা হা ওইরে। যমুনা ৱাখল নুংঙাইতবদগী ঈশৈগী বার্ত্তন লৌদ্রে হকচাং ঙমদ্রে হায়জিন্দুনা। মমান্নবীশিংনা মাগী নুপাগী মওং মতৌদুদা যমুনাগা উননিংবা ফনা লৈদুনসু শুক্লাক লাকখিদ্রে। মখোয়না খঙই যমুনাদো হকচাং ঙমদবা ওইরম্লোই, ঈশৈ চৎপগী চক্রি থাংনবা ওইরমগনি। মাবু ইঞ্জিনিয়ার অসিদা লৈনবা শিনবিরকখিবা মাগী মবুং অদুবু যমুনানা ৱারৌরকই। মপুরোইবগী পূঙ্গি মহিং অসিবু পামজবা কনাগী মফমদদি মফম অসি স্বর্গ ওইগদৌরিবনি। যমুনাগী মফমদা তাইওন্ননা থোকপগী ৱাদনি। মহাক্কা খল্লি– য়ূমপানবদা চঙবা খ্বাইদগী মরুওইবা পোংচঙসি পৈশা নাত্তে, নুপা নুপী অনীমক্কা অমনা অমবু ইকায়খুম্ননা নুংশিনবা, অমনা অমগী থবক্তা খুবৌ থাংনদবা হায়বসিনি।

মনেম্লদি যমুনাবু মচাদা মচাগুম লুনা চান্না তৌই। মমৌনা ঈশৈ চৎখ্রগা মশূ অপিকপদু পো-পমদুনা মখোঙ লৈবাক তাহনবা নত্তে। রাধা কৃষ্ণগী প্রেম রহ্যসতা নট কঙ্কির্টনগী ঈশৈবু থোইদোক্লা খোয়দাজবী মনেম্লি। মচানুপালা মমৌবু ঈশৈ চৎপা থিংই হায়বা তাবদগী মচাবু ঙাংই–

"নুপামচা, নঙনা ইমৌবু ঈশৈ চৎপা থিংলিবদি করিগীনো?"

"ইমা, নুপীবু কোয়থা থাদোকপা অফবা নত্তে।"

"নহারোলগী ঈরাং পুরাংগী ঈশৈসু নত্তবা, লুহোং-খোঙদোংবা দেব-কর্ম্মদা অহল লমনশিংগী সেবা তৌববু করি কায়রবা?"

"ইমা, বদনাম চাদ্রিঙৈদা ঙস্তা পোথাহনবনা ফগনি।"

"ফরে ফরে, লৈবাক্লা শকখঙবী ইমৌ অসিবু চাকখুমদা লৈকাং চাহন্দুনা হেক থম্মো। অদুগা নঙনা নুমিৎ খূদিংগী থকপা ঙাওবা শুক্লেপ লেপকনু।"

মনেম্মা মহাক্কী মীচঙদা লেপ্পি হায়বদি খঙই। অদুবু মপুরোইবনা কন্না হেক মথিংঙবদা করি উপায়দি লৈরি? মতম খরদং মপামদা লৈরগা মপুরোইবগী ৱাখল হোংলকপ্রা য়েংগে, হোংলক্লগা মহাক্কী অপাম্বা লম্বী য়েংজখ্রসনু খল্লে। নোংমা মনেম্বোক্তা যমুনানা মপাবুংদু হকচাং ঙমদ্রে হায়বা তারে, মপামদা অমুক্তা চৎলুগে হায়রম্লগা চৎখি।

যমুনা মপামদগী হল্লক্কবা চয়োন অমা ফারে। মনেম্মা কৌবা চৎলি। মমৌবু পুজখ্রগে হায়রুবদা মপাবুংনা হায়রকই—

"ইচে, ইচাগী মথ্বায়না পামজবা ঈশৈ চৎপদা থিংলিমখৈ ঐগীসিদা সুম লৈজবগে হায়রিমাল্লে। ইচাগী অপাম্বদু তৌজরসনু।"

"ইচানুপাদু ঐনা ফনা য়াম্না ঙাংলবনি। ইমৌগা ইশূগা উদবদা ঐদি লৈবা ঙমদ্রে।"

"বিদ্যানন্দদু সিদা অমুক্তা লাকউ হায়বীয়ু, ইচে। অমুক্তং ৱারী শান্নজগে।"

"ফনি ইবুংঙো, ঐ শোয়দনা লাকহনগে।"

হায়নবা য়াবা হায়নরে, থেম্নবা য়াবা থেম্নরে। অদুবু মীনা ফজবা লৈবাকমচাতাবা ৱা ঙাক্তা ঙাংলকপনিনা মখাতানা হায়রুবদা থোইনা কান্নররোই খল্লদুনা নুংশিখ্রবা মশূগা মমৌগবু বিদাই পীরম্লগা মপি নৌনা হল্লকই মনেমদো।

যমুনানা মপামদা চৎখিবা নুমিত্তগী বিদ্যানন্দদো য়ূঙাং লিক্লি লিক্লি শিন্দুনা থকপা হৌখ্রে। হান্নদি মরুপ মপাংশিংগা থকমিন্নদুনা হরাও তয়াম্না ৱারী ৱাতাই শানৈ। হন্দক্তি মথন্তা থক্লবনিনা কৌবা লাকপা তাদবমখৈ ফমুংদা য়াতাদুনতা লৈখ্রে। থবকসু চাং নাইনা কাখিদ্রে, কাদবনসু কোঙ্গায়নি। অহিং থেঙনা হঞ্জিল্লকপা কয়া, হঞ্জিল্লক্কবসু কায়নি। মমানা থৱায় পঙৱাদা ৱায়। মমৌগী অপাম্বদা থিংলগুমসি, মশূ উদবদা তুমফম

চাফম খণ্ডদ্রে, মশূগা মমৌগা লৌবিরুরসি হায়দুনা মচাবু থেম্মী। মমানা হায়রিবা ঙাংইবদুদা বিদ্যানন্দা হোই-মাই অমত্তা হায়দে। পুম্নমকসিগী ব্রাখলদা নীংথিনা চাদ-থক্তবা তূমদ-হিপ্তুবদগী নোংম-নোংমগী মমাগী হকচাং ময়েং তারকই।

ইকুই কুইদনা মকে শেম্বদা হৈরবী অয়েকপা লাই মানবী নুপী অমা পুশিল্লকই বিদ্যানন্দনা। অমুক্তি ফারুরে হায়ব্রা চেল্লুরে হায়ব্রা অমদি হায়নৈ। নুপীদুগী ইমুং মনুংদু য়াম্না খূৎকন পাঙ্গল্লি হায়। পাউ হনবা চৎলুবদা লুহোংবগী ৱা হায়রক্তে। অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা লৌখৎকনি হায়রকই। য়াম্না শাউরম্বা মবুং মৌপ্পাশিংদু খঙঈং ঈংথনখি। করি মন্ত্র হৈবনো খঙদে ইঞ্জিনিয়ারদো?

হন্দক্কী মৌ অতোম্বী অসিদি ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী খূৎচাবী ওইরে। নুপাগী অপাম্বা খুদিংমক অমুক হায়ন-তাক্লবা নাইদ্রে। নুংমিদাং খুদিং থকমিন চামিন্নৈ (মরুপ মপাং য়াওদ্রবসু য়ারে), অতিথিগী সেবানা হৈবিবা, নুপাদা কেথ-নৌথবনা পকচবিব। মহাক্তা খ্বাইদগী হৈনজবদি—থবক হাপ্পগী নত্তগা ঠিকাগী ৱানোম্বা লাকপাশিংগা উনবনি। ইঞ্জিনিয়ারগী ৱাগা অমত্তা ঙাইদনা মাথক্তনা ৱা হেক্তা লোইশিল্লি, পৈশা হেক্তা লৌশিল্লি। ঙম্মোয়দবা য়ারোইদবা থবক্তা ঙম্লি য়ানি হায়জিল্লগা পৈশা লৌশিনবসিনি মহাক্কী খ্বাইদগী হৈনজবী।

ইঞ্জিনিয়াব অদুনসু নুপীনবু হায়রবদি হায়দুনা খূৎ হেক্তা থাই, ঠিকা হেক্তা পিথোকই, আকাস বিলদা ঠিকাদারগা পৈশা য়েন্নৈ। মখাদা লৈবা কর্ম্মচারীশিংনদি য়াম্না পেন্নদে, সেনিওরিতি কাম্ভোক্লগা অনৌবা কর্ম্মচারীদা খুদোংচাবা পী হায়বগী।

মৌ অতোম্বী লাকপা চহী ফাদ্রিঙৈদা ইঞ্জিনিয়ার সাহেব থবক্তগী সস্পেন্দ তৌরে। চীফ ইঞ্জিনিয়ারগী সহি শাদুনা মী ময়াম অমা মাষ্টর রোলদা

থবক হাপচিল্লম্বগীনি। থবক তৎপদা নত্তনা জেল য়ৌখ্রে। ইঞ্জিনিয়ার ওইবগী খুদোংচাবা অদুদবু মিহৌদুনা লাকখিবা মৌ অতোম্বীদুগী লাংদা ঙসিদি মাগী নুপা থুরে। জামিন লৌবা য়ারোই হায়রকপা অমদি থবক ফাওবা তৎলগনি খঙবদগী অতোম্বীদু মপামদা খোঙলৈ থুনা হনখ্রে। মানা চৎখিবদা মপুন্সিগী চাবদা লোইররোইদবা সনা লুপা পৈশা মপুন মপুন পুখি।

নোংমা জেলদা বিদ্যানন্দনা হায়— ইমা, ঐ যমুনাদা য়াম্না লানখ্রে, মহাক্কী শিনফমদা ঐ অমুক হন্না অথিংবা অয়েৎপা পীররোই। মহাক্কা ঐবু পুন্সি চুপ্পা ইম্থোক্লগদ্রা খঙদে।

—পূচেল চাউবী, মীনুংশি চাউবী ইমৌনি। ইমৌনা নঙবু কৈদৌঙৈদা ইম্থোক্কে। হৌজিক মহাক্লা কোয়চেন চেন্দুনা উকিলশিং উন্নদুনা ব্রা তান্নরি ইচাবু জামিন্দা লৌখোক্লবা।

জেলগী ব্রার্দেন্না হৌনা লাওরকই—

“মতম হেল্লে, থোরকও থোরকও।”

* * * * *

# হোস্পিটালদা

*“সঙ্গ অমসুং শেলগী রাকমদি হোস্পিটালদদা নত্তে, অফিস পূম্বদনি, লোয়শঙ পূম্বদনি। অনীমক লৈতবশিংদি থৌনাফবা তাই, নিয়মসু খজবা তাই।”*

*   *   *   *   *   *   *

নোংমা ঐগী ইখুরা অমা চাক চাবদা অহাপ্পা ময়াদু য়োৎশিনখ্রে হায়দুনা কোয়রাং লাঙনরম্মী। কনম্ব্রবা শরুদু ঙা মতুম্মী খন্দুনা য়োৎশিনখিবা ওইরিদরা? থব্রায় ব্রাবগী মরক্তা নোক্লিংবা অমসু য়াওরম্মী। অদুবু ওইথোক্তবদি নত্তে।

মহাকপু কার অমদা হোস্পিটালদা পুরম্মী। কেজুয়েলতিদা পুশিনবদা নুমিদাংগী পূং মাপল্লোম তারে। ওপরেসন তৌগদবনি, অদুবু ডাক্তরশিংদি ময়ূমদা হন্নখ্রবনিনা উপাই লৈতে হায়রে। ঐখোয়না সঙ্গ লৈবা ওইদুনা ডাক্তরশিং অদুবু কোয়কৌ কৌবা ঙম্বগী ব্রাসু লৈতে। ফরে,

নোংঙানবা ঙাইবা তারে হায়দুনা ইনাওশিং খরগা অনাবদু লৈহৌরে, ঐখোয় খরনা যূমদা হল্লক্লে।

মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতম ফাওবা ওপরেসন তৌদে হায়বা তারদুনা ঐ হোস্পিটালদা অমুক চৎলি। ই.এন.টিগী ডাক্তর মকোক্তগা ঐগা উনরম্মী অমসুং হায়রম্মী–

"ইমর্জেন্সিগী অনাবা অমবু পূং তরামঙারোম করিমত্তা লায়েংদনা থম্মীরিবা করিগীনো ?"

"অনাবগী মওং য়েংলিবনি।" (ওবজর্বেসন), ডাক্তরদুনা খুম্মী।

"লাইওং খঙদ্রিবা অনাবসু নত্তনা করিগী অসুক কুইবা ওবজর্বেসন? থৌনাওদা য়া পনখিবগীবু পূং কয়াগী ওবজর্বেসন?"

ডাক্তরদুনা মরম অমমুক পীরকই–

"ডাক্তরশিং ষ্ট্রাইক তৌবনা ওপরেসন চথদ্রিবনি।"

"ষ্ট্রাইক ফনা লৈরবসু ডাক্তরগুম্বগী সার্ভিসতবু অদুগীসু মথক্তা ইমর্জেন্সি কেস লাক্লগবু তুমিন্না লৈথোক্লিবসি ঐ ঙকই।"

ডাক্তরদুনা মখা অমুক তারকই–

"ওপরেসনগী খুজু খূৎলায় পূম্নমক ছো লোনশিল্লম্লে, ছো পায়বা ডাক্তরদু কারক্লে।"

ঐনা মাগী ৱাদু অসুম্না ককথৎলম্মী– "ছো অদু ফক্কায়রসি, অতোপ্পা ছো অমা ঐ লৈজরগে, ছো অমগী মমলনা মী অমগী মমলদগী হেল্লি খনবিরিবা অসি খ্বাইদগী লাইবক থিবনি।"

ডাক্তর অদু ঐগী তর্কদা মায়থিরম্মী। মহাক্না জুনিয়র ডাক্তর খর কৌশিল্লগা করি করিনো হায়খি, ওপরেসন চথনবগী ৱানি। ঐ খজিক্তং নুংঙাইরম্মী। কা মনুংদুদা অতোপ্পা মীওই খরসু ফম্লম্মী। ঙসাই মখৈ ৱাহৈগী লাল অদু মখোয় মমিৎ কুপ্তনা তাদুনা লৈরম্মী। ঐনা ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদনা কাদুদগী মপাল থোরকখি।

ঐনা হান্না তাখ্রে– ওপরেসন তৌবা তারবদি ডাক্তরগী ময়ূমদা চৎলগা শেল নক্কগা খূদোলপোৎ খর হান্না পীনৈ। ঐখোয়দি মদুসু তৌহৌদে। তলবখক্তগী থবক তৌবা নত্তে, অতৈ অতৈ সাইদ ইনকম কয়া ফংননবা শেল য়াম্না চঙনা তম্মুবা ডাক্তরনি খঙদ্রমাল্লে হায়না ডাক্তরদুনা ঐবু য়াম্না ভাব তাদে খল্লম্বা য়াই। মসোমদা খল্লুরবদি ঠিকাদারশিংগা সঙ্গ তৌবা ইঞ্জিনিয়ারশিংনা খুদোংচাবা খর হেনবা তাই। ঠিকাদারগীদি জম-জম, অনাবগীনা শিক্লি-শিক্লি। ওপরেসন চথরিঙৈদা ঐগী ৱাখলসি পৃথিবী কোয়রুই। মীগী লৈবাক্তদি ডাক্তর হায়বা মীওইগী সেবা তৌবগী থবক অসি থম্মোয় থোৎপা মীনুংশি চাউবা সেবাদা পক্লজবা নুপীশিংনা অয়াম্বা ওইনৈ। অদুগা ঐখোয় শ্বাইদনা চাউথোকপা লেমথোকপা ৱাচৎ ৱানোম্বা পামজবা কয়ানা ডাক্তর শাদূনা লৈরি। মসি শ্বাইদগী লাইবক থীবনি। ডাক্তরগী শিনফমদগী হেন্না ইকায়খুম্নবা শিনফম লৈতে। অনাববু নুংশিনা সেবা তৌবীবা ডাক্তর অদুবু ইমা ইপাগুম্না, লুনা খঞ্জে অমসুং নুংশিজে। অহিং নুথিল নাইদনা অনাবগী সেবা তৌবদা মপুক্সি কথোকখিবী ফ্লোরেন্স নাইটিঙ্গলবু নীংশিংলকই।

অমুকসু খন্থরুই ডাক্তরশিংনা সেবা অমসুং মীনুংশি কাউথোরকইবসিগী মরম। তলবখক্তা চাবা কর্ম্মচারিশিংদি ময়ূম মথোল শাগৎপা, জীপ কার লৈখৎপা ঙমদে। মতমসিগী চৎনরিবা অরং অরাক্কী পোৎশিং অসি থম্বা ঙমদ্রবদি শীংথানবিদবনা, লানবা চুম্বগী ৱাখল তুংওইনরগা শেল হেন্না তানশিনবনা মফমসিগী মতমসিগী ৱাখল্লোন্নি। ৱাখল্লোন অসিবু ডাক্তরদুনা থবক ওইনা চথরকপনি।অসিগুম্বা নাকল নামতগী য়েংবা মশা মশাতগী ওইবা মিৎয়েং অসিবু মাঙহন্সি হায়রবদি অনৌবা সমাজ সিদ্ধান্তগা লোয়নননা অচুম্বা পাম্বশিংগী য়াম্না চাউবা থৌনাফনা কথোকপা অমা চঙই।

ওপরেসন চথরিঙৈ অতোপ্পা অনাবশিংগী লাকপা মীওইশিংগা ৱারী শারম্মী। হীদাক লৈবা ঙমদবদগী অনাবা শিখিবগী ৱারী, গাড়ি ৱায়বা

ঙমদবদগী অমদি ঈ লৈবা ঙমদবদগী শিখিবা অমসুং চাবোকপীশিংনা থেংনরিবা খুদোংথিবা কয়াগী ৱারী শানরম্মী। অসুম্নসু হায়নৈ 'সঙ্গ অমসুং শেন লৈত্রবদি হোস্পিটালদা পুখত্তবা ফৈ।' মসিমদি ইশাদা হৌজিক হৌজিক থোক্লিবনিনা থোইনা ব্যাখা চঙদ্রে। সঙ্গ অমসুং শেনগী ৱাফমদি হোস্পিটালদদা নত্তে, অফিস পূম্বদনি, লোয়শঙ পূম্বদনি, অনীমক লৈতবশিংদি থৌনা ফবা তাই, অদুগা নিয়মসু খঙবা তাই।

ওপরেসন্দু মায় পাক্লা লোইরকপদা নুমিদাং ফনা থেঙলে। ওপরেসন তৌবিখিবা ডাক্তর অনীদুবু ঐনা থম্মোয়দা কয়াদা পেঞ্জখ্রবা! ঙাইহাক্কী মমাঙদা শাউরম্বা পূম্বা শ্বাই হেক্তা মাঙখি। মীগী থম্মোয়বু অসুক্কী মতীক পেলহনবা ঙম্বা ডাক্তরগী শিনফম অসি কয়াদা ইকায়খুম্নফম ওইখ্রবনো। ডাক্তর হায়বসিদি ঈশ্বরগী হেক মথংদা লৈরিবনি।

* * * * *

## ঈশ্বরগী য়াথং

*“চাক্লিবা মৈরী অসিদি মশাগী থৌদাংনি খল্লা চাক্লিবনি, মৈশা শাংলিবদি মৈরীগী মনাক্তা লৈরিবশিংদুনি।”*

*      *      *      *      *      *      *

অমম-অঙানবী খেন্নবা খওদ্রবী রঞ্জনানা খুৎশেমহৈবা মাগী মফমদা ওইনজদুনা ব্লাহং কয়া থস্মোয়নুংদা মদোম হংই– ইশাগী ইথৌ পাঙবা ঙল্লরোইদবী তোল্লবীবু তেংবানবদা করিগী থাবীরক্লিবা? খুৎশেম হৈবা নহাক্কী অশেংবা খুৎশেম নত্তুবরা ঐহাকসে?

অসি য়ৌনা মরাইবক থীনা পোক্লক্লবী রঞ্জনাদা খোইনিংগী নুংশিরবা খোঞ্জেল পীবীরকই। অয়ূক নুমিদাংব্লাই খূদিং মপু মহাকপু থস্মোয়দা চেৎনা থাগোন্নজরদুনা তালপুরা অমা পায় ভজন হেক-হেক শকই। মীওইনা পোক্লগা তেংবানবগী মশক উবা ফংদবদগী হেন্না তোনবা অমা লৈত্রে খল্লদুনা মিৎলু পিরাং নোংমতা কংবা লৈতে। হৌখিবা মপোক্তা

করি পাপ লঙশিল্লুবদগী হন্দক্কী মপোক্তা অৱাবা ঈপাক্তা তাররিবনো খন্দুনা মীকূপ অমত্তা ঈংনা পোখ্খাবা ঙমজদে। মৈরী অসিদি মশাগী থৌদাংনি খন্না চাক্লিবনি, মৈশা লাংলিবদি মৈরীগী মনাক্তা লৈবশিংদুনি। মচাগী মতৌ য়েংবা নুংঙাইমন্দ্রদুনা নোংমদি মমানা রঞ্জনাদা হায়রম্মী—

"ইবেম্মা, ইমাগী মীৎ নাম্মা ইচাদা পীরগে, ইচানা সংসারগী মশক উদবসিদা ইমাগী থম্মোয়সে খাঙঙমদ্রে।"

ৱাহৈশিংসি তারগা রঞ্জনাগী পূক্কীংদা কয়াদা হরাও-তুজুংনা চাউথোকচখ্রবা! খাংঙুথক্তা উখিদবা ওইরম্লবদি অৱাবা নুংঙাইতবদো শকুক চাম্মা হেল্লমগনি। অদুবু রঞ্জনাগী মফমদদি পোকপদগী অমম-অঙান অনীমক চপ মান্নরবনিনা কা হেন্না অৱাবা ফাওদবনি। অহল ওইরবী মমানা ৱাখল নুংঙাইতবদগী সংসার থাদোক্তুনা চৎখিদুনা অৱাবগী মথক্তা অৱাবা ওইহৌরগদ্রা খল্লদুনা মমাবু থেমজিল্লি—

"ইমা, ফজবা-অথিবা, অৱাবা-নুংঙাইবা ঈশ্বরগী খুৎশেম ঙাক্তনি; অফবা ঙাক্তা ঐগী ওইগে য়াবা নত্তে; অহল ওইরবী ইমাগী মিৎ পীবা হায়বদু তৌবীগনু। নোংমদি ঐহাকসু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা য়াই।"

"ইবেম্মা, ঈশ্বরগী য়াথং পূম্বা হরাওনা ফিগাও শানা য়াগদবনি। ইচাগী অচুম্বা ফজবা ৱাঙাং তারগা ইমানা পোখ্খাবা ফংলিবনি।"

মচানুপীনা অমম্বা শুরুং মনুংদগী থোরকপা ঙমদনা মপানগী সংসারদা য়াওজবা ফংদবা অসিগী খল্লুবদা মবুং বিধানগী কোকথক্তা অচৌবা পোৎলূম অমা থোঙ্গত্তুনা চৎপগা চপ মান্নে। খবরদা রেদিওদা 'মিৎ দান তৌবীয়ু' হায়না লেপ্তুনা লাউথোকই, দান তৌবিগদবা পূকচেল চাউরবা মহাক্কী মফমদা মতীক চাদ্রবসু শেনফম খরা পীজগনিসু হায়। অদুবু ঙসি ফাওবদি কনাগুম্বা অমত্তনা দান তৌবিগে হায়রদ্রি।

রবীচন্দ্রনা মাগী মরুপ বিধান উনবা লাকপা খূদিংগী রঞ্জনানা ভজন শক্তুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মখোয় অনী ষ্টেটকী থাক্তা লিংবা সংস্থান অমদা (ষ্টেট হিউমেন রাইটস ফোরম) য়াওবনিনা ৱা হেক-হেক তানৈ। করিগুম্বা

কান্দসু রঞ্জনাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা ঈশৈ তারে অমসুং নুংশিরবা খোঞ্জেলগী মপু ওইরিবা রঞ্জনাগী পুক্লীং থৌগৎপা ৱাহে কয়া ঙাংলম্মী। রবীগী থাগৎ-ৱাহৈশিংদো রঞ্জনাগী মফমদা অশোকপা মফম্বু খূদক্তা তাইশিলহনবা ঙম্বা মিত্রংগী হীদাক ওইখি। ঈশৈগী মগুণ ৱাংবগুম থাগৎপগী মগুণ কয়াদা চাউখ্রবা!

রবীগী অহলশিংনা মাগী লুহোংবগী ৱা হৌদোকই; অদুবু রবীনা য়াদে। অহলশিংনদি মচা মতোমতনিনা রবীদা আশা পূম্বা থম্মী। মখোয়না কল্লিঙৈদা মচাবু য়ূম পালহন্নিংই, মশূ পো-পমদুনা শান্ননিংই। অদুগা সরকারগী থবক অমত্তংসু পায়ননবা হোৎনহন্নিংই। অদুসু রবীনা য়াদে। ৱাচৎ-ৱানোমদুনা থবক তৌনবা তান্নদৌ শরুক লনাই করিনো লম্বী অমা য়েংলগা শেল তানগে, লৌ-ইশ্খোলসু মরাং-কায়বনিনা হায়বসিনি মহাক্কী ৱাখলদি। ঙন্না য়ূম পাল্লুরগা মীওইবগী সেবা তৌজগে খল্লিবা অদুদসু অকায়বা ওইগনি খল্লম্মী।

রঞ্জনানা নোংমা নোংমগী মপূং মরৈ ফারকপা উরগা মমাগী থম্মোয়দা খাঙঙমদবা চৈনা ফাওরকই। হয়েং মখোয়না লৈখিদ্রগা মচানুপীনা ওইহৌগদবা ফিবমদু খল্লুবদা অহিং কয়া মিৎশেং খাঙই। মচাবু নুংশিবীবা কনাগুম্বা লৈরবদি মখোয়গী মান-চাং সম্পত্তি পূম্বগী তঙ্খায় অমা অউনপোৎ ওইনা পীগে খল্লি। নোংমদি মমাগী অনীংবসি চীঙ্খোক্লা হায়দোক্লুবদা রঞ্জনানা খুন্নকই–

"ইমা, মখোঙ য়াওদবা মীদা লমজেল চেল্লু হায়বিগনু। ঐনা সেবা তৌগদবা মহাক্লা ঐঙোন্দা ওইনা সেবা তৌবা তারক্কনি, মদুবু পাপ লঙশীনবা ওইরোইদ্রনে?"

"করিগী পাপ ওইগদগে? অমগী অশোনবদা অমনা তেংবাংববো? ইচাগী পুন্সিনা নাইতোম তাহৌগদবদো খল্লুবদা...!"

"ইমা! য়ূম পানবখত্তুনা পুন্সিগী পন্থুং ফংনবা লম্বীরনে? মহাপুরুষশিংনা য়ূম্বাল লম্বী থাদোক্কুনা মীওইবগী সৈবা তৌরিবা অদুদি পুন্সি নত্তুবরা?"

রঞ্জনানা খঙ-হৈরবা পন্দিত অমগুম ঙাংলিবশিংদা মমাগী থম্মোয়গী চৈনা খাঙনফম ওইরকই। করিগী হৌরক্লোয়দগে মথোং কারক্লিবী অমগী থম্মোয়দা অপাম নুংশিগী ঈথক! রঞ্জনাগী থম্মোয়গী মশক অদো ঈশৈনা ফোঙদোরকই—

ঈশৈ

নঙগী থৌজালগী ব্রাহৈনা
তাইশিনখি মচেৎ তার' থম্মোয়।
নোংমা লাকখি ঐগী থোঙজিন্দা
নাইতোম তার' তোল্লবীগী নাক্তা,
মঙলা তাইবঙলা খঙদে ঐদি।
লাক্কনি হায়রম্মী নোংমা ইনাক্তা
থৌজালগী ব্রাহৈনা নানবীরম্বী ঐঙোন্দা,
পুবীনি হায়রম্মী মানা ঐবু
মঙালগী পাক্লুবা ঈপাক অমদা।

ঈশৈ শক্লিঙৈদা রবীচন্দ্র মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ঈশৈ তারম্মী। লোইরবা তুংদা রঞ্জনাগী ঈশৈগী কাদুদা চঙলক্কুনা হায়রকই—

"রঞ্জনা! ওম্বোক্লা নুংশিথ্রে ফজথ্রে নঙগী ঈশৈ। নঙবু মঙালগী ঈপাক্তা পুবীগনি হায়রম্বদো ঐ কাউদ্রি। মদু পাঙথোকপা ঙম্মনবা ঐ নহানমখৈ হোৎনরুবনি। ঙসিদি ওইথোকপা য়াবগী লম্বী লৈরদুনা ঐ লাক্লিবনি।"

"দদানা হায়বীরিবদুগী অর্থ?"

"রঞ্জনা ! নঙোন্দা মিৎ দান তৌগে হায়বা মী লৈরে।"

"দদা! লাইগী মচা অদুবু কনানো, কদায়দগীনো?"

"অশেংবদো কোন্না খঙলক্কনি।"

হরাও নুংঙাইবনা থম্মোয় থুমহৎখিদুনা রঞ্জনাগী মিৎলু অনীদগী পিরাংগী ঈচেলনা খজাই তম্লকই। মসি ওইরমাল্লে হরাও নুংঙাইবগী পিরাং হায়বদো! ব্রাকচিংগী নোংগুম তাঙলবা ঈচেলনি। রঞ্জনাগী পূক্লীংদা ফাওই মহাক্না থম্মোয় শেংনা ঈশ্বরদা নিজবা অমদি রবীনা পূকচেল শেংনা হোৎনবদগী লাইগী মচাদো থেংনরিবনি।

ওপরেসন পাঙথোক্কদবা মুমিত্তা ইমুং মনুং মরুপ মপাং শুনা য়ৌরকও হোস্পিতালদা। মিৎ পীগদৌরিবা মহাক্কুবু খৌরাংনা ঙাইনৈ। রবীনা হায়—

"দোনর অদুদি হান্ননা ওপরেসন ঠিএটরদা চঙদুনা লৈখ্রে, কোন্না শকখঙ মায়খঙনবিরো।"

ময়ামসু মহাক্না হায়বদু ইয়া-য়াই ইথা-থাজনৈ। রঞ্জনাবু ওপরেসন ঠিএটরদা পুশিনখ্রে।

পুং অহুম্লোম হেন্না চঙবা ওপরেসন অদু লোইরদুনা ট্রোলি অনীদা রঞ্জনাগা রবীচন্দ্রগা ইম্থোরক্লে। তৌরিবা মতৌদুদা ময়াম পূম্নমক ইঙক ঙক্লখ্রে। মিৎ দান তৌরিবা মীদু রবীনি খঙলক্লবদা রঞ্জনাগী মবুং বিধানসু ঙকখি। অদুবু থম্মোয়শেংনা মচলগী অৱাবদা মতেং পাঙ্গে চোংথোরক্লিবা মঙোন্দা করি অমুক হায়রুগনি? মখোয়গীদি লাইবক য়াম্না ফরবনি।

রবীনা ময়ুমদদি দিল্লিদা ব্রার্কসোপ অমা য়াওরুগদবনি, থা অমরোম লৈরক্কনি হায়রম্মী। মহাক্কী ওইগী মিৎ অদো রঞ্জনাগী য়েৎকী মিৎ ওইখ্রে। থা অমরোমদি হোস্পিতালদা লৈবা তারে। মসি খঙনা রবীনা য়ুমদা থা

অমরোম হল্লক্লোই হায়রম্বনি। খবরদা রঞ্জনাগী মিৎ মায় পাক্লা ওপরেসন পাওথোকখ্রে অমদি মীয়াম্মা মিৎ দান তৌবিনবা হায়জবগী ব্রাসু ফোঙনরক্লে। অদুগা দোনর ওইরিবা রবীগী মিংদি লোৎলগা অতোপ্পা মিং ওইনা ফোঙলকই। মসি মাগী ইমুং মনুংনা খঙল তারগা নুংঙাইরোইদৌবদুগী খল্লগা তৌবনি।

রঞ্জনা ঙসিদি অনৌবা মপোক অমা ফংবগা মান্নরে। অমম্বা সংসার থদোক্লম্লগা অঙানবা সংসারদা থুংলবদা ফংজবা হরাও নুংঙাইবদি করম্বা রাহৈনা ফোঙদোক্কনি? মাগী থম্মোয় ঈপাক্তা শুব অমা ঈহৌরক্লে—

ঈশৈ

অনৌবা মপোক ফংহনবীবা
নহাক্লা ঐগী ঈশ্বরনি।

অমম্বা লোক্লুংদগী চিংখৎপিরে
পুক্সিগী মমল খঙহনবিরে
কবিন' লমল শিংগনি'?

ভজন সাধন খঙজদে
কচ্চনবা করিসু লৈজদে
চম্লবা থম্মোয়সি নত্তনা।

ঈশৈ শক্লা শক্লা রঞ্জনাগী মিৎলু অনীদগী পিরাংনা অরেপ্পা লৈতনা শিন্থুরকই অমসুং ঙসাইমখৈ ঈশৈ তারম্বা রবীগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। রবীনা হায়রকই—

"ঐঙোন্দা নত্তে, ঈশ্বরদা খুরুমগদবনি, হৌগৎলু য়ারে।"

"ঐগী ঈশ্বরদি দদানি।"

"ঐদি ঈশ্বরগী য়াথং পাঙথোকচনি।"

"ঈশ্বরগী য়াথংদগী ঐবু মিৎ উহনবিরে, ঐগী ঈশ্বরবু পুন্সিচুপ্পা থম্মোয়নুংদা ঈরাচ্চবা ঙমজগে।"

"নঙনা নীংলিবদুমক থুংজবা ওইরসনু।"

মীওইবগী অপাম্বা ঙমখৈ নাইদে, মিৎ উদ্রিঙৈদনা উবদং ফংলবদি নীংবা থুংগনি খল্লি; উবা ফংলবা কান্দনা অপাম্বা অমমুক পূক্লীংদা ফাওরক্লে। মঙোন্দা অনৌবা মপোক ফংহনবিরিবা রবীগী সেবা পুন্সিচুপ্পা ফংজনিংই। মীনা কপ্পগা কপ্লিংবা, নোক্লগা নোক্লিংবা হৌনশানি। রবীগীসু থম্মোয় পাল্লি। রঞ্জনাগী থম্মোয়দা হুল্লিবা মিহুল অদুমক রবীগী থম্মোয়দসু হুল্লিবনি।

* * * * *

## দিল্লিগী খোঙচৎ

*"লমকোয়বা হায়বসি নেশা অমনি-- চৎপা হৌরকপদগীদি পংচনা চৎনিংঙই, পংকোয়দা কোয়নিংঙই, পৈশাগী রানি।"*

*　*　*　*　*　*　*

হন্দক ঐনা দিল্লি চৎপসিনা অনীরকশুবা খোঙচৎনি। চৎলুবগী নুংঙাইবা অমসুং কান্নবা অদুম ফংই। বস হেক তোংখৎপগা য়ূমগী ৱাখল কাউই, চৎমিন্নরিবা ময়াম অদুগী সংসার অমা হৌই। পুন্সি হায়বসি থবক অমত্তা তৌদুনা লেপ্লবসু মহাও য়াওদে, অনৌবা থবক খরসু পায়খৎপা, অদুমক ঙমদ্রবসু উবখক্তা ফংলবসু মহা পকানি।

মণিপুর অমসুং নাগালেন্দগী থেক-খোইরবা চীং-লম্বী, ইঙৌ-ইঙৌ ঙৌরবা চীংথ্রাও মপান্না য়োম্লবা চীংমায়দা বসন্ত ঋতুগী শুন্ধাৎলবা শক্তম, লমগী উচেকশিংনা চীংথক্তা শঙ্গু-শঙ্গু পাইরিবা, তারমদাই নুমিৎকী সনা-মচুগী মশেক-মঙান্না চীংলম্বীগী ফজরবা দৃশ্য কয়া

অরোইবা ওইনা উৎলিবা, অতিয়াগী থব্রানমিচাক্লুম চীংথক্তা ঙাল্লিবা ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙালশিং পূম্নমক লংফৈ চৎপশিংগী পুক্লীং হূরবা লৈশেম অমদি খূৎশেমগী মমল নাইদ্র' খুদোলপোৎ ঙাক্তনি।

অসাম মেঘালয় অমসুং বেঙ্গোলদা ক্লা যুবি অমসুং কোনা পাম্বী মরাং কায়না হৌই। জঙ্গল কয়া ফাওদুনা চৎলি। মণিপুরগী হব্রা-নুংশিৎকা মান্নে। বেঙ্গোলদি লৈঙোয়গী লম্নি। চহীদা অনীরক্তগী তাদনা লৌউবা লম্নি। চীংলোন কয়ানা কোয়শিনবা মণিপুরদা লৈরিঙৈদদি পোন্দা ফাজিন্দুনা লৈরম্বগুম্মী। লৈবাক অমদগী অমদা লেপ্তুনা চঙশিল্লকপদা পুক্লীংসি অহাংবা অতিয়াদা কোইপাই পাইদুনা শান্নে। বিহার অমসুং যুপিদি অশাবা লম্নি। মী খুদিংমক থবক কল্লি। লৌ য়ৈবগী মওংদি মণিপুরগা খেন্নে। অখাওবা ফৌ মপৈশিংগী মথক্তা ষণ-ইরোইবু হন্না-হন্না নেৎহনবনি। মণিপুরদি য়াম্লসু শাদবা য়াম্লসু ঈংদবা প্রকৃতিনা অঙ্গৈং-অশা তেম্বীরবা নুংঙাইরবা লমদম্নি। সরক্কী নাক-য়েক্তা হৌরিবা মনা পৃংলবা উপালশিং অদু উবদা পুক্লীং হকচাংদা তঙ্গৈং তঙ্গৈংবা ফাওই। মতম পূম্বদা লৌবুক্কী লৌখোংদা ঈশিং চেল্লি। লৌবুক্কী ময়ায়দা গুহা কয়ানা চহী চুপ্পা ঈশিং পীরি।

নোংমগী মনুংদা মফমচাবদা গাড়ি খাল্লগা অয়ূক্কী চাক্লেন থোংদুনা চায়। নুমিদাং বারো মতুংদা মফমচাবা য়েংলগা পোখাই। মণিপুরদগী দিল্লি ফাওবগী শাংখ্রবা লমশাং অদুদা ড্রাইভর অদুগী মথৌ চেকশিনবা, অব্রা-অনা খাঙবা হৈবগী মগুণশিং অদু থোইদোক্লা শীঙথানিংঙাইনি। ময়ামদি তূম্লিংলবসু উইদুনা চৎলি, লাম্লবসু করিনোমা হেক্তা চাশিল্লি। অদুবু ড্রাইভর অদুদি তূম্লিংবা চানিংবা অমত্তা উত্তনা রোবোতকি মতৌগুম্না নুংশিৎকী মাঙ থাদুনা ঐখোয়বু ভারতকী কোনুংগী মশক্তদি উহল্লগে মতাগুম থৌরকই। লতা, রাফি, মুখেসনচিংবা কলাকার কয়াগী নুংশিরবা ঈশৈগী ঈপোল্লক্তা তাউরদুনা লাকপনা তরুক্লি শুবা নুমিত্তদি ঐখোয়গী পম্বুং দিল্লি য়ৌরকখি।

ভারতকী প্রধান মন্ত্রীদা দাবী পরেং য়াওবা মেমোরেন্দম পীবা চৎপনি।নহারোলশিং থবক ফংহন্নবা মণিপুরদা ইন্দষ্ট্রি কয়া লিংনবা, কর্ম্মচারীশিংগী তলব হেনগৎনবা অসিনচিংবা দাবী কয়ানি। পোৎকী মমলদি নুমিৎ খূদিংগী হেলগৎনি। সাইকলগী মনীংচকানা মমাংঙচকাবু তান্নবা খক ফংদবগুম তলব ফনা হাপ্পুনসু পোৎকি মমলবু তান্নবা ফংগনি থাজদে। পৈশানা রিক্সোদা পুবা, পোৎনা ফুরিৎখাউদা পুখিবা হায়বা ইকোনোমিক ক্রাইসিস অদু য়ৌরবনি। তলব চাবশিংগীদি খরবু শাফরে চাদবশিংগীনা কমদৌবা?

মণিপুর থোরক্কদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা য়েংলুই- লালকিলা (নিংথৌরেল সাহজহান্না শারম্বা), কুটুবমীনার (কুটুবউদ্দিন্না অহানবা মথোল, মমাক নিপা ইলটুটমিসনা অনীশুবা অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা মথোলশিং শারম্বা), রাজঘাত (মহাত্মা গান্ধীগী মোংফম), শান্তিবন (ইন্দিরা গান্ধীগী মোংফম), ইন্দিয়া গেট, বোট-ক্লব, পার্লিয়ামেন্ট হাউস, রাষ্ট্রপতি ভবন, অজোয় ভবন অসিনচিংবা। কৈথেন্দনা চান্দনি চোক, কোনাউট-পেলেস অমসুং পালিকা বজার। কৈথেন্দা কোয়বদি ফুরিৎখাউ য়াম্না চোনবগী দরকার লৈবনা খরদং নুংঙাইতবা পোকই, অদুবু খঙজিনা উসিনবগী কান্নবদি অদুম ফংই।

হল্লকপা লম্বীদা বৃন্দাবনগী মনুংদা রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড দর্শন তৌরকই। মণিপুরগী অহল-লমন ইমা-ইবেন কয়া মফমদুদা রাধা-কৃষ্ণগী চরনমক ফংজরবগুম পূক্নীং মকা লাম্না লৈহৌই। মখোয় পুন্সিচুপ্পা মফমদুদা লৈরগদবা ঙাক্তনি। মন্দির অমদি লৈফম্নচিংবা তোঙান তোঙান শানরদুনা য়াম্না শান্তি ওইবা মখোয়গী পুন্সিনি। অহিং নুংথিল চুপ্পা যুগোল রুপ্প শৈথাবা, পূং শেল যন্ত্র ঈশৈ, রাশেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ...। চুমথাঙ মরক্তা ৱাহোংগী জগোয়, গোবর্ধনগী নেমপক নেমপকপা চীংশা পরেংশিং, ভক্তশিংনা

শঙ্গোম চফুদগী লম্বী লমশাংদা হৈথরম্বা শঙ্গোম মরী মরী, মবুক লাম্লবা জিবশিংনা মদুবু লেক্লি, ভক্ত কয়ানা উফুল্লক্তা গরাগরী ওল্লি। মসিবু উরগা 'ঐ' হায়বা নাপল অমনা মীওইববু অতিয়াগী তেলঙ্গাগুম পাইহল্লিবসে নোংমদি উফুল্লক্তা শোয়দনা তারক্কদৌরিবনি হায়বা পুন্সিগী অশেংবা মশক অদু খঙজরকই।

মথংদা আগ্রাগী তাজমহল য়েংলকই। তাজমহল য়েংবগী খ্বাইদগী ফজবা মতমদি মেরাগী থাবল ফবা অহিংদনি। ঈংলবা থাবল মরক্তা লশিং মফোলগুম ঙৌরবা নৈচিলগী পাবানরবা ফিজংনা খল্লিবা অহিংদুগী শক্তমদি পুক্লীং হূনা নুংশিনফম্লি। কচু ঙৌবী চীংলেম্না ফজরবী নুপীনা অঙৌবা ফিজোল শেংলদুনা মীপূম খূদিংবু নুংশি-নুংওন্না য়েংবগুম থাবলনা ফিজোল ওইরবী নুংঙৌনা হকচাং ওইবী তাজমহলনা (মমতাজনা) তাইবঙ থম্মোয়দা নুংশিববু লোইবা নাইদনা য়েল্লি।

অহিং অথেংবা ফাওবা গাড়ি চেনবা ইরেপ লেপ্লুদে। অহিংনোংশোইবা হোটেল কয়া হাংদুনা লৈ। মীগী লমদনা তুম্বা চাবা কাউথোক্লা শ-নোম্মী। চহী নৌবিবা অঙাংশিং ফাওবা গাড়ি খামফমদা চানাচোব, লৈবাক হব্রাইনচিংবা হাদুনা য়োল্লি। ঐখোয় খ্বাইদদি ঙারৌ য়াওদে ঙম্মোক লৈরক্তে হায়দুনা নিংঙাই তৌরিবা চহী মতাংনি।

লমকোয়বা হায়বসি নেশা অমনি। লংফৈদা অব্রাবা অমত্তং থেংনবদা য়ূম নীংশিংলকই। অদুবু য়ূম য়ৌরবা কান্দদি থেংনরকপা অব্রাবশিংদু কাউথোকখি, নুংঙাইরকপশিং অদুতবু নীংশিংলকই, লোয়ননা অমুক হন্না কোয়বা চৎনীংবগী নেশা অমা ফাওরকই। শুংচৎ চক্রিঙৈদদি কয়া চৎনীংলুদে, চৎপা হৌরুবদগীদি পঙচত্তা চৎনীংই, পঙকোয়দা কোয়নীংই, পৈশাগী ব্রানি।

* * * * *

## মৌ অনৌবী

*“মপুরোইবনা মাবু মপামদা কুইনা শৌথোকহল্লিংদ্রিবা অদুগী মরমদু মুম্না খল্লুকরগা পুক্নীংদা থাজবা অমসুং চাউথোকচবা অমদুম অহোইননা পোক্লকখি।”*

*      *      *      *      *      *      *

সুরোধোনি ঙসিদি মৌ অনৌবী হায়বদু তশেংনা ওইরবনি। মেরা চঙলকপগী পুক্নীং হকচাং তঙ্গীং তঙ্গীংবা ফাওরকপা মতমগী অয়ূক অঙনবদা হৌগত্তুনা তুল্লসিবৃংগী অকোয়বদা ঙৌরোক ঙৌরোক ঙৌনা কেল্লিবা শিঙ্গারে ময়ামদু খোমজিনবা হোৎনরি। মখূৎ ওইনা অমত্তং লৌখৎলগা ওইথংবা নাপ্লদা থেৎচিল্লি। সুরজিৎ য়াহৌরকপদা সুরোধোনিগী মতৌদু উবদা লংনরকই—

“নঙবু ঙরাং ঐগী কোকথক্তা লৈ চাইথবদু পেলহৌদ্রদুনা অয়ূক অঙনবসিদা শিঙ্গারে নথক্তা চাইখত্তুনা শান্নরিব্রা?”

"ওরাংদা শাৎলম্বী ইতা শিঙ্গারৈনা ওসি লৈমায়দা কেল্লম্বা উবদা ঐসু ওসিদগীদি মৌগী শীংদা চল্লবনিকো খল্লুবদা পুন্সিগী অৱা নুংঙাই ৱারী কয়া শান্নরল্লিবনি।"

ৱাহৈশিং অসি হায়না হায়না সুরোধোনিনা কোকখুমফি মরুমদগী মপুরোইববু লোন্না অমুক্তং য়েংলুরগা ইকায় নুংশিনা নোকমিরদুনা মায়থোওনা লৈমায় তমখি। লৈশারিঙৈদদি য়াহৌ থেংঙি থবক তল্লি হায়দুনা হেক হেক চৈবীরম্বনি। ওসিদি কনানসু হায়নরুবা তাক্লরুবা লৈতনা থবক খুদিংমক মাদগী ওইনা খন্দুনা শৃখ্রে। পূক্লীংদা হৈনিংবা ফাওরবদি থবক শৃবতনা পোত্থাফম ওইনবিবনি। মসিমক সুরোধোনিদা থোক্লরে। কা অদুনা শিংথ্রিবা নানথ্রিবা, উফুল মরিক অমত্তং ফাওবনা পাইশিল্লক্কদবা কিরে। অয়ুক অমদি নুমিদাং ৱাইরমদা অগর-চন্দলগী ধুপকী নুংশিরবা মনম ফংহল্লি। মঙানি-চাক্কৌবা নুমিত্তগীদি মপাম্লোমদা মমায় খক ওনখিদ্রে। তেশেংনমক সুরোধোনি য়ুমগী লক্ষ্মী হায়বদু ওইরবনি।

নোংমা নুমিদাং সুরাজিৎনা খর থেংলপ্লা হঞ্জিল্লকপদা সুরোধোনিনা নুংশি ওইনশিন্নবদুনা হংই–

"সুক থেঙলফাও কদায়দা কনাগীদা চৎলুরিনো?"

"য়ুমদা ঙন্তা ঙন্তা চঙঙি হায়দুনা ইমান্নবশিংনা নোক্লরে।"

"নমান্নবশিংনা নোক্লরবদি ঐবু খাইনবা ফাওবা ঙম্বীদৌরিনে?"

সুরোধোনিনা খর ৱারৌনা হায়রকই। সুরজিৎকী হকচাং কয়াৎনুংদগী ঈথক হৌরবা মীনোক অমনা সুরোধোনিগী মমিৎ মিৎয়েং অনীদু যাই থারবগুম লেঙহন্দনা থমখি। মেঙলবা নুংশিরবা সুর অমা কাদুগী মনুংদা তাখি। কাদুগী ফক্লাং মরিদু ওসিদি অসুক্কী মতীক মমল য়াম্বা ওইখি।

লৈশারিঙৈদদি তথক তথকপা নুংনাং- লাংতক্লবা খোয়রাঙ খোয়শাওনবা কয়ানা শল্লুপ শল্লুপ হৌনদুনা পূক্লীংদা হেক হেক

লান্দারক্লম্বনি। ঙসিসি ঈং তপ্লবা, থোৎ নৌরবা, নুংশি নুংওনবা কয়ানা থম্মোয়নুংদা লৈশিল লৈশিল নাউথেমজরক্লে। য়েংখি য়েংখিবা মায়গৈ খূদিংমক্তা ফজবা নুংশিবগী মমি তারকই। অৱাৎ অপা লৈতনা মতম চুপ্পদা ইথন্দা থন্দুনা লৈবা দৃশ্য ঙাক্তনি সুরোধোনিগী মিত্তা। পূম্নমক্তগী হেন্না শুদ্ধাৎখিবদি ফজরবা লাইশিংনা নীংথিনা লৈতেংলবা মহাক্কী পিক্লবা কা অদুনি।

নোংমদি সুরোধোনিনা মপামদা চৎলুবদগী থেঙনা হল্লকই হায়দুনা সুরজিৎনা কল্লক খম্বনবদগী থীনা ফুবিখি। সুরোধোনি মপুরোইববু য়াম্না শাউনিংখি। ময়ূমদা লৈরিঙৈদদি মহাক্না য়াম্নমক কিজবা মপাবুং অদুনা ফাওবা অদুক থীনা ফুখিদ্রি। মহাকপু মপুরোইবনা য়াম্না চৎহন্নিংদ্রিবা মপামদুদদুম হল্লসিরা হায়বা য়ৌনা ৱারৌনা খনখি। অদুবু চৈনা কোকখিবগা লোয়ননা শাউনিংবদগী কল্লক-থোক্না খল্লুবা ৱাখল অদু তপ্না তপ্না মাঙখি। মপুবোইবনা মাবু মপামদা কুইনা লৈথোকহন্নিংদ্রিবা অদগী মরমদু মুন্না খন্থরুরগা পূক্লীংদা থাজবা অমসুং চাউথোকচবা অমদুম অহোইনন পোক্লকখি।

ঙসিদি সুরোধোনি য়ুমপানবগী নে-তাবা নুংশাশ্বব হোনবা ফংজরে। মপুরোইবনা মঙোন্দা নুপা নুপী ওইবগী নুংশিবা অদু নত্তবা থোইদোকপা মিনুংশি অমসু ফাওরে হায়বসি মাবু থাজনা য়েংবিবা মিৎয়েং অদুদগী খঙবা ঙমখি। ৱাখলনা মরা তারকপগা লোয়ননা কুচু কুমেনসু নোংমা নোংমগী ঙাঙলৈনবা মচু চেল্লকই লৈশারিঙৈদদি অসি য়ৌনবু ফজরমদবনি। ঙসিদি চীংলেম্লবা মতৌ অমা মায়থোঙদা মকা লাম্না উৎলক্লে। হান্নদগী শরুক চাম্মা হেন্না মপুরোইবনা মাবু নুংশি নুংওন্না লোয়নবিরকপা অদুনা মাঙদা লৈবা খূদোংথীবা কয়াবু লায়না লাম্থোকপা ঙমগদৌবা শামুগী পাঙ্গল ফংজরবগুম খঞ্জখি।

নোংমগী অয়ূক অঙনবদা সুরোধোনিখোয়গী ইমুংদা ঈরাং লাঙনখি। মহাক মপাল ইপাল চখোকখিদবা ফনা কুইরবনি। ঙসিদি মমায় মমিত্তু ইঙাঙ ঙাঙশিল্লদুনা মতা অমা ওইনা তৌগ্রে হায়দুনা ময়াম কোয়রাং লাংনরি

সুরজিৎনা ডাক্তর নুপী অমা পুরদুনা পরপ পরপ লাকই। মখোয়না য়ূমগী চুরি তাফম হেক য়ৌরকপদা ইমুংদগী হঁঙা হঁঙা হায়বা য়াক্লবা খোঞ্জেল অমা তারকখি। ডাক্তরদুনা সুরজিত্তা হাইফেৎ নোক্লল্লগা ইমুংদা চঙখি। সুরজিৎকী চীংনরম্বা লাঙতক্লরম্বা পৃম্বা মাঙখিদুনা নুংশাশ্বর মপী অমা য়াম্না শাংনা হোল্লদুনা মাঙ্গেলগী দারিদা ঙেক ঙেক ফমথে।

ঙসিদগীদি সুরোধোনি ইমুং অসিগী মরা তারবা লেঙলরোইদবা মৌ হায়বদু ওইরবনি।

* * * * *

## চীংগী লম্মৈ তমগী থাউমৈ

*"লমদা থাদা চীংমায়দা চাকপা লম্মৈদো নচণগী থম্মোয় মৈচাক্লি খণ্ডবীয়ু; অদুগা তমগী শুমাঙদা থানবা মেরা থাউমৈদো ইবুংগী থম্মোয়গী মঙাল্লি খঙ্জগে।"*

*       *       *       *       *       *       *

চীংমী নিঙোল রোজিনা নোংমা তমগী পাখঙ চীংলেম্বদা নুংশি ব্রাথৈ শেংননবা ব্রাহং অমত্তং হংজৈ–

"চীং তম কায়নরবদি কমদৌবা?"

"চীং তম কায়নরবদি, ইবান্নিসু কায়নরেদনা।"

চীংলেম্বনা ফাগীওই খুমদোক্লুবদা রোজিনা অওইবা ওইনা লৌখিদুনা ব্রারৌখি। ব্রারৌগনবা খম্বন-চাউগনবা হায়বসে নুংশিবগী মরমচৎনি। চীংগী উথম্বালনা পাত্তা শাংকে নীংলুবগী অব্রাবা তারগদ্রা চিংনরক্লে। খঙহৌদনা হৌরকপা নোংহৌগুম রোজিগী মিৎলু অনীমক্তা

পিনা পুমথন থল্লকই। শেংলবা চল্লবা থম্মোয়দগী হৌরকপা চীংজুমগুম লূরবা পিরাংগী ঈচেলদু উরুবদা চীংলেম্বনা মরু লূকথনা ব্রাখল তৌরকই— করিনুংগী ফাগী তৌরুরবনো? মসি ওইরমাল্লে থম্মোয় অমনা থম্মোয় অমগী মফমদা চঙজবা হায়বদো।

উখ্রুলগী খুল্লাকপা অমগী মচানুপী রোজি ইম্ফালগী দুলালেগুদা মাগী ককাগী যূমদা লৈরগা কলেজ তম্মী। চীংগী ঈং চিক্লবা পুঙ্গি মহিং অমদি সহরগী নিল খোংলবা হব্রা নুংশিৎ অনীমক ইচু চুশিন্নরে মঙোন্দা। পুঙ্গিনা কাংদোং ফারকঙে য়েংলু য়েংলুবা মায়গৈ খূদিং অপান্বা নুংশিবগী খুদম চাংদম ঙাক্তো উবকই, পূক্লীংদা ঈথৌলাংবগী ঈথিল ফাওরকই। কলেজ অমত্তদা তম্মীন্নবা চীংলেম্বনা ছাত্র য়ূনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরি। মহাক্কী মোং হাদনা চীংলেম্বা থৌনা ফবগী মতৌ অমদি চীং তম অমত্তনি খনবা পুকচেল কয়াদা চূননা থোল্লম্লীবা মহাক্কী মিংবু 'চীংলেম্বা'! মহাক্কী মতীক মগুণ ময়াম অসিনা রোজিবু খূজেং পায়দুনা চিংশিনখিবগুম তৌই। ইনখৎলকপা মতমদা খোঙদারুবা মফমদা মোংফম ওই হায়নবদু চুমগদৌরিবরা? শক্তা চুদা চঙখোল্লবী, ব্রাঙাঙ শাঙাঙদা নৌজবী, মিৎয়েং নায়েংদা নোল্লুকচবী রোজিবু কলেজদা অহানবা উবা নুমিৎ অদুমক্তদা চীংলেম্বগী পূক্লীংগী কেনভাসতা মচু তরেৎনা তিল্লবা নুংশিবগী চুমথাং খনখ্রবনি।

বি.এ. পাস তৌরবা তুংদা চীংলেম্বা ছাত্রগী সংস্থান অমগী থৌপুবা ওইরে। মীতোপ চঙশিল্লকপা লেপ্তুবদগী ইরমদমগী শক্তম মাঙশিল্লক্লিবা অমদি ঙমখৈ কায়হন্নবা শীংনরক্লিবা কয়া অসি থিংননবা লৈকায় লৈকায়গী ক্লব সংস্থান স্কুল কলেজ খূদিংমক্কী ছাত্র য়ুনিয়নশিং উনদুনা ব্রা তানৈ মিটিং তৌই। চহী লীশীং অনীগী মমাঙদা চিনারোমদগী লাক্লগা চীংলৈবাক অসিদা খরনা চীংদা খরনা তমদা খুন্দাদুনা লৈমিন্নরক্লবা চীংমী তম্মী অনীসে লোল

ধর্ম্ম তোঙান্নখিবদগী মীতোপকুম খন্নরক্কে। ঙসিসু চীংমীশিংগী লোলদা মৈতৈলোলগী ৱাহৈ কয়াগা মান্নবা য়াওরিবা, উমংলাই হরাওবদা তাংখুল নুরাবীগী নুংশি-ৱারী মেরা হৌচোংবদা চীংমী-তম্মী পোৎ লান্নবা, পূন্নমক অসিনা চীং-তমগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী অদু তাকই। তম্মীশিংনা গৌরিয়া ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবা, চীংমীশিংনা খৃষ্টান্নিতিদা য়াওখিবদগী তোঙান তোঙান তানখ্রে।

লৈবাক্কী লুচীংবশিংনা চীং-তম থোং মান্ননা শেমগৎপিরবা, অচান মীরাই নাইবিদ্রবা, চীংমী তম্মী চারৌ মৌরৌনবদা য়ানদবা লৈত্রবা, অমনা অমবু নুংশিবগী ঈহুল থম্মোয়দা ফাওনরবা, মতম অদুখক্তদা তোখাই তানিংবগী ঈহৌ অদু নেমথখিগনি। লুচিংবা খরনা তোখাই তাবগী রাজনিতি তৌরক্লবসু কনানসু মতুং ইনবিরোই। শাওং শাদা শক্তা চূদা করি খেন্নবগে চীংমীগা তম্মীগা। খোঙ্হোক্কী অরুম অয়াং অনেম অৱাং মান্নদনা মৈতৈলোল ঙাঙলকপা মতম অদুখক্তদা চীংমীনি তম্মীনি খঙবনি। নোংপোক এসিয়াগী মী অয়াম্বা মোঙ্গোলোইদ ফুরুপ্তা য়াওবনিনা শাওং শাদা মান্নফম থোকপনি। ৱাখল্লোন অসিনা লামজিং ওইরগা চীংলেম্বনা মরমদম মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীন থুংনা চত্তুনা মীয়ামদা মরুওইনা নহারোলশিংদা লৈবাক্কী অপূনবা অমদি অচেৎপা মশক অমা শেমগৎ শাগৎননবা কন্না হোংনৈ।

নোংমা রোজিনা চীংলেম্বগী য়ূমদা লাকই। চীংলেম্বদি লৈরমদে, মমাগা মচলগা লৈরম্মী। রোজিবু চীংমীনি হায়না খন্দে, মরোলসু খোইদে, ফিজেৎসু মৈতৈ লৈশাবী অমগুম শেৎ চায়। মখোয় চা থকমিন্নদুনা ঙাইহাক ৱারী ৱাতাই শানৈ। চীংলেম্বগী মমানা হংই—

"ইবেম্মবু করি লৈকায়দগীনো? মিংনা করি কৌবগে?"

"ইমা, ঐগী মিংনা রোজি কোই। লৈজবনা চীংমৈরোং খোনাংকারক অদুৱাইদা।"

"ইবেম্মনা করি করি হোৎনরিবা? কলেজ তম্বা লোইরবরা?"

"ইমা, বি.এ. অরোইবা চহীদা তমজরি। তামোখোয়গা পূন্না ছাত্রগী সংস্থান অমদা থবক তৌজরি।"

চীংলেম্বগী মমানা রোজি কনানো(মচানুপাগা মরী লৈনব্রা) হায়বদু খঙনীংলদুনা ব্রা মখা লৌথরকই–

"নবুংসে ঐদি য়ূম পালহন্নিংলবনি মী ব্রাৎপসিদা। মাগী খঙন চান্নবা লৈরবদি পুশিল্লকও হাযরিবনি ইমাদি।"

"তামোগী খঙনা চান্নবদুদি ইমাখোয়গা মোৎ চানদবসু য়াই, ইমাখোয়না অপাম্বা অফবা মৌ খল্লগা থিহৌবনা হেন্না চুমগদ্রা খল্লি।"

"ইমাগী ব্রাদি– জাতি ধর্ম্মবু মান্নরবদি হেক্তা পুশিল্লকও হায়রিবনি।"

তঙাং তঙাংলম্বা রোজিগী মায়থোঙদো লৌচিলনা খুমজিল্লবা নুমিদাং- ব্রাইরমগী নুমিৎকুম মঙাল ইচাই চাইথোকখি। মহাক্লা খনখি– মচা ওইবশিংনা মমা মপাগী অপাম্বা অনীংবগী মায়োক্তা থক লেপহৈদে, অদুগা লেপ্পবসু ইনশিনফম থোক্তে। মরমদি করম্বা মমানা মচাগী ফত্তনবা শীনবা য়াওবগে? ঈশ্বরনা শেম্বিরকপা মমা মচাগী মরীবু খাংভুথক্কী মরী অমনা অয়েৎপা পীবা মহাক্লা শেংনা পামখিদে। মরম অসিদগী মহাক মশামক চীংলেম্বদগী লাপথোকপা ঙম্লবা হোৎনরগে খনখি।

জাতি তিন্নদবা নুপী কোয় হায়দুনা চীংলেম্ববু মমানা ঙাঙই। চীংলেম্বনা মমাবু পুকচেল পিকই হায়দুনা শাউনা খুন্মী—

"চীন্দনা ইচিন ইনাওনি হায়রগা শুমাঙদা ফিদা থারবদি কমদৌনা নুংশিনগনি? চীং তম কায়নগুমসি হায়রবদি চারৌ-মৌরৌনবা হায়বসিনা খ্বাইদগী লায়বা অমসুং ফজবা পাম্বৈনি। মমাঙৗেদা নিংথৌশিংনা য়ূম্লোন্নবা লৈবাক্কী নিংথৌদা নক্তগা মহারাজকুমারশিংদা মচা মচল থাজদুনা হেন্না নুংশিননবা অমদি মরি ফগৎননবা হোৎনরম্লিবনি।"

নোংমগী নুমিদাংৱাইরম রোজিগা চীংলেম্বগা ৱার সিমিত্রিদা উনরম্মী। নুমিৎ অদো রোজিগী পূক্নীং য়াম্না নৌবা নুমিৎ ওইখি। চহী নৌরিবা সিফাইশিংগী মোংফমগী নূংপাকথক্তা ইরিবা নীংশিং ৱারোলশিং অদু পারুরগা অমুক্তা হেন্না পূক্নগী নৌথোকখ্রে। রোজিনা খল্লি— চিংলেম্বগা অরোইবা ওইনা অমুক্তং উনরম্লগা মাগী পোক্লফম লমদমদা চৎখ্রগে। নুংঙাইতবা পূম্বা লোৎশিল্লগা নুংঙাইবা শাদুনা চীংলেম্বগা নোক্না নোক্না ৱারী শানৈ। রোজিনা হায়রকই—

"তামো, পুন্সি হায়বসি অরেপ্পা নত্তেকো, কপ্পা নোকপা অনীসিনা তোবর্বাল অনী ওইরগা পুন্সিগী ঈচেলবু ঙাক্নুনা পুরিবনিকো।"

"পূম্নমক ঈশ্বরগী খুৎশিন্নি।"

"ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা হংজনিংবদি- জাতি তিন্নদবশিংগী থম্মোয়দা করিগী নুংশিবা হাপ্পিরক্লিবনো?"

"থম্মোয় অমত্তনি, ঈচেল অমত্তনি, জাতি হায়বদুদি মপান্থোংগী কুয়োম্নি।"

তারমদাই নুমিৎকী ঙাঙ্গানবা মশেক্লা রোজিগী মায়থোংদা মীকুপ খরদং য়ৈরম্লগা খঙহৌদনা মাঙখ্রে। অমুক হন্না উররোই খল্লবা চীংলেম্বগী মায়থোংদা য়েংলুবা খুদিং মিৎলু পিরাং ঈহৌরকই। ঈহৌরক্লিবা পিরাংদো চীংলেম্বনা উখিদনবা অমদি লৈমায়থক্তা তাখিদনবা হোৎনদা অৱাবা অমা ওইখি।

শক ২০০১গী জুনগী তাং ১৮ দা মীয়ামগী অচৌবা ঈহৌ অমা হৌরকখি। নাগা তাবা চীংগী শরুক মখে তোখাই তাবগী ঈহৌ অদুদা কেন্দ্র সরকারনা শৌগৎপা মানবা ৱাফম অমা য়ানচেদা য়াওরে হায়বদগী খোয়রাং-খোয়শাওনরবা মণিপুরীশিংনা হৌরকপনি। নহারোল নুপা নুপী লীশীং কয়ানা হৌনরুবা নাইদনা চেষ্টোরক্নুনা পেন্দবা ফোঙদোকখি। এসেমব্লী হোল, রাজনিতি দলশিংগী ওফিসশিং মৈ থাখি, সিএমগী বঙ্গলো,

রাজভবন তম্না মীয়াম্না ফুজিন্নখি। ঈরাং লাকশিন্নবা সিফাইনা নোংমৈ কাপ্পদা অন্দোলোন কারী ১৩, অমসুং মতুং শমথরকপা ঈরাংদা ৫, পূন্না ১৮ শিখি। ঈহৌ অসিদা চীংলেম্বসু মাঙজিন থানা য়াওরম্মী। ইম্ফালগী মনুং অমসুং অকোয়বদা কর্ফিয়ু চলাইরক্কুনা খুন্তাক লানশিবগা চপ মান্নখ্রে, কনা অমত্তা য়ূমদগী মপান থোক্লদ্রে। ইম্ফাল মনুংদা লৈবা নগাশিং মাগী মাগী চীংগী খুনশিংদা হন্ননবা শেম শানরম্মী। তম্পাক্কী ঈরাং অদুনা মখোয়দা ওঙ্গিল্লক্কদ্রা খন্দুনা লৈতাফম খঙলমদে। ঈরাং খর নেমথরকপদা হন্নবসু য়াওখ্রে। অদুবু ইম্ফালদা পোক্লক চাউরকপা খরদি শিরবসু হিংলবসু চীংদা অমুক হল্লরোই হায়দুনা অদুম লেঙদনা লৈখ্রে।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম চীংলেম্বনা মাগী কাদা ৱাখল চরাংননা লৈতাফম খঙদনা লৈরম্মী। হৌজিক থোক্লিবা ঈহৌ ঈরাং অসিনা রোজিগী মফমদা অচৌবা পোৎলূম ওইরমগনি খল্লুবদা থোইনা হেন্না ৱারম্মী। কেন্দ্র সরকারগী চৎনবা য়ারোইদবা ফিরেপ অদুনা মৈরিকপী ওইরগা হৌরকখিবা মৈজাও অদো পাক হেক মুৎকদবা মান্দ্রে। চীং তম কায়নদনা নুংশি চান্নগা লৈমিন্ননবা হোৎনরকপা পূম্বা মহয় য়ান্দ্রে খল্লদুনা থরায় নুংঙাইতনা লৈরিঙৈ লৈকায়গী নুপীমচা অমনা চীংলেম্বদা চিঠি অমা পীরৈ, রোজিনা পীরকপনি। চিঠিগী মরোলদি—

"চীংগী শীংঙেল উথম্বালনা পাৎকী লৈরাং থম্বালগী মহুৎ শিনবা ওইথোক্কদবা মান্দ্রে। তামোগী অরেপ্পা পুকচেলবুদি নচলনা খঙজে। অদুবু অপোকপী ইমাগী অনীংবা কায়নহনবদি পাপ লঙশিনবা ওইগনি। মমা মচাগী মরীদি মতম পূম্বগীনি, মৈনা ঈশিংনা মাঙহনবা ঙম্নরোইদবনি। নুংশিবগী পাত্রদি হোংদোক হোংজিন তৌবদা নুংশিবগী ময়েং খক তারোই। ঐগী পোক্লফম লমদম তাম্লবা খুন্দুদা চৎননবা ঐহাক থৌরাং পূম্বা লোইরে, কর্ফিয়ু হেক হাংদোকপগা চৎলগনি। জাতি মান্নবা মতীক চাবা ইমুংগী চনু অমগা পুন্সিগী মরুপ ওইবিরো। নচলবু লান্না লৌবিগনু।

ইমা ববানা ঐবু মখোয়গা হায়না শীংনবা বর অমগা লুহোংনবা হায়রকপা কুইরবনি। অদুবু নুংশিবনা লূম্মী নীংদুনা খাঙলকপনি। ঐবু মীচেন্নি খনবীগনু। নুংশি পম্বুং ফংনবা হোৎনবদা তামোগী অমদি ঐগী ইমাখোয় ববাখোয়না কয়াদা নীংবা কায়গদবনো! পূম্নমক্কী য়াইফগদবা য়েংদুনা ঐগী ফিরেপ হোংলবনি। লমদা থাদা তান্নবা চীংমায়দা চাকপা লম্মৈদো নচলগী থম্মোয় মৈচাক্লি খঙবীয়ু, অদুগা তমগী শুমাঙদা থানবা মেরা থাউমৈদো ইবুংগী থম্মোয়গী মঙান্নি খঞ্জগে। নচলবু ঙাকপিয়ু।"

তামোগী মতম অমগী খোঙলোয়
"মিস রোজি"
দুলালেগু, ইম্ফাল

* * * * *

## শাৎখিদ্রবা লৈরাং

*"হে লমচৎ, নঙগী শোল্লবা লংলা অদুননিকো নুপা-নুপী অনীবু চেংনা পুম্মিবসে!"*

*       *       *       *       *       *       *

পোক্লকপা নুমিত্তগী খৌরাংবা অপাম্বা অমা লৈবগা নিংঙাই তৌরগা হেক হেক ফংখি। নিংঙাই তৌরগা ফংগনিসু খঙদবা অপাম্বা অমা নোংমা খঙহৌদনা নোংথাংগুম থম্মোয় অতিয়াদা ঙাল্লকখি। মুর্তিদুবু হেক উবমক্তদা কল্লবা চৈফু অমা নুংদা য়ৈরকই, হকচাং পূম্বা নিকহনখি। কল্লবা ঈশিংগী ঈথক্লা তোবর্বান্দা য়ৈবদা মরা চেত্তবা লৈবাক্লা নীংখায়রক্লনা ঈরাওখোল অমা থোকহনবগুম মুর্তিদু অহানবা উবমক্তা নুংদগী তনিকপা খোঞ্জেল অমনা হায়রকই—

"হে মুর্তি! নঙগী ফজরবা ঈপাকয়ায়সিদা লুপখ্রে ঐগী থল্লায় হকচাংসে, করম্বা মতমদা ফাওগৎলত্তুনা নীংথিরবা তাইবঙসিবু উজবা ফংগবা!"

মহাক ঈশৈ হৈ, জগোয়সু হৈ, তম্নুদ্রবসু হৈ। মহাক্না ঈশৈ কয়া শকখি, জগোয় কয়া শাখি। পূম্নমক ঐঙোন্দদি তাঙলবা থৌদোক ঙাক্তনি। মাগী শাবান অমসুং শক্তমদি খূৎহৈবনা চেকশিন্না শেম্বীরক্লবনি— ৱাংবসু নত্তে, নেম্বসু নত্তে, লমজৈ থাদুনা ওল্লুদ্রবসু মহাক্কী চূং ফিরাল চাবা মতৌদুদা ৱাংবা-নেম্বগী ৱাহং থোইনা চঙদে। কুচুদি অঙৌবা নত্তে, অদুবু অঙৌবনদি হেন্দে। অঙৌবা পাম্বনসু ঙৌই খঞ্জবা য়াবা, কুচু য়াম্না পান্দ্রবসু রাশি লৈরগা লোইরে খঞ্জবা অনীমক্কী অপাম্বা য়েংদুনা খূৎহৈবনা য়াম্না হৈ শিংনা শেম্লক্লবা পুলৈ কুচুদা লম য়ৌবীনি। কফোই অমুনবগুম ঙাঙলৈনবা মাগী কুচুদা করিগুম্বা খূৎশেমগী মচু তৈশিল্লুরবদি লৈচিলনা খুমজিনখ্রবা নুমিৎকুম মশাগী অশেংবা ফজবগী মঙালদো মাঙহল্লি। পূম্নমক্কী মথক্তা মহাক হৌজিক মপূং মরৈ ফারে, মহাকপু কোক্তগী তোন ফাওবা উবা মীকুপসিদা থম্মোয়নুংদা নিক নিক লাউবা অমা ফাওরকই।

মাবু নীংজরুই কৈদৌনি, ফোঙদোক্লবা থৌনাদি লৈখিদে, অহোইননা অকিবা অমদুম পোক্লকখি। থম্মোয়সিবু শক্তাক্লবদি লায়রদনা মায়োক্লনা য়েংজগে ঙমদ্রবনি। পাঙজদবনা ইশিল ওইরবা থম্মোয়সিনা পুন্সিচুপ্পা মৈচাক পুবদা তারবরা!

মতুংদা মহাক্কী মায়োক্তা ৱারী কয়া কয়া...! থাজসিরা থাজগুমসিরা? মীৱা ঙাঙননিংবশিংগী মরাল্লা? ঙাঙনরিবশিং অদু অচুম্বা ওইরবসু কনাগী মরাল ওইফম থোকপগে? নুংশি শাশিন্নদুনা ওইজ ওইথক লৌনবা হোৎনরিবা মীদুগী মরাল ওইরোইদ্রা?

অদুবু থোৎ নৌনা ফজরম্বা মাগী মুর্তিদো ঙসিদি মচু কোকথরক্লে, নোংখাঙ চায়রক্লে। ওথেলোনা মাগী পুন্সি খোঙলোয় দেসদিমোনিয়াগী লমচত্তা চিংনরক্তুনা তূম্লিঙৈদা হাৎখিগুম ঐসু মুর্তি অসিবু থুগায়খিবা তারবরা? হে লমচৎ! নঙগী শোল্লবা লংলা অদুননিকো নুপা নুপী অনীবু চেৎনা পুল্লিবসে! মতম কুইনা ঈখৌলাংদুনা শাৎকায়বা ঙমদনা লৈরক্লবা ঐগী থম্মোয় লৈরাংদো পোম্না পোম্না কংবা হৌরক্লে।

নোংমা মহাক্না ঐগী মায়দা পাউদর সিন্দুর কয়া তৈদুনা কেবিখি। সুপ্নগী অমুক্তংদা ওইরবসু শোকচনীংখিবা মাগী নৌরবী খুৎশাশিং অদুনা ঐগী মায়দা হন্না হন্না নানবিখি। মতমকুইনা ওমদুনা লৈরক্লবা মৈচাক্তো মৈরীথোক্না চাক্লকখি। ইথম্মোয়সিবু শকখঙবিগ্রবগুম কয়াগী মতীক পূক্নীং তুজুং হরাওজখিবা ! অদুবু ঈয়ায়গী কোঙ্গোলগুম তাকখ্রগদবা নুংশিবা ! ঐগী মিৎলুদা ঈথক হৌরকখি !

ঙসিগী অহিংসি ওষ্থোক্লসু মমথ্রে। অদুবু ঐগীদমক্তদি পাঙজদবনা ইশিল ওইদুনা মতম কয়া অমম্বনা কুপ্তুনা লৈরম্লবা থম্মোয়নুংসিদা মঙাল মচেৎ অমত্তং ফংজবা নুমিৎ অদুনি। মা ঐ লম্বী লমশাং অমদা চৎমিন্নরম্মী। ঙসি ফংলিবা তাঞ্জা অমদি থৌনা অসি পুন্সিগী অঙনবা অয়ূক্তা ফংলম্লবদিকো খন্দুনা নীংঙমখিদে। অমর ওইরবা নুংশিবগী তূংনফম থম্মোয় অসিতবু শক্তাকচনিংদুনা য়েঙ্খৌঙৈগী নুংগী ৱারীশিংদো মথং মথং লীরম্মী। থম্মোয় শোক্না হায়রকপা ৱাদি থম্মোয়দা পান্দবা হৌনদে। ঐগী পূক্নীং ঈথিলগী খোঞ্জেল নীকপা ৱাঙাঙদুদা মাগী পূক্নীং লুপখি। মতম কুইনা পুদুনা লাকপা পোৎলূম অমবু মফম চানা থাদবা ফংলবগুম ঐগী ৱাখল হকচাং অনীমক ইয়াং য়াংখি। আগ্রা কৈথেল্দগী লৈরকপা নূংঙৌগী তাজমহল শিন্নখি ঐনা মঙোন্দা অদুগা হায়খি—

"নূংঙৌনা শাবা তাজমহলগী মনুংসিদা
য়াওরিবনিকো সাহজহানগী পাক্লবা থম্মোয়!"

অহিং অদুদা করম্না লৈকোলদা করি লৈরাং শাৎলিবগে উবা ফংখিদ্রে। অহিংনা মমখিবনরা? লৈরাংনা শাৎখিদবনরা? কুমগী নোংহৌ ফঙখিদবনা শাৎখিদ্রবা ঐগী থম্মোয় লৈরাং নাপ্পচিক্না চেকশিন্না মথানুংদা শিন্নরদুনা মা ঐ অহিংগী অমম্বা মরক্তা তিনখি ।

* * * *

## জগোয় শাবী

*“মপান্দা ফজনা উরিবা পোং অসে মনুংদা ফজরম্লোই হায়না খক শৌনদে, শৌবসু পামদে।”*

*    *    *    *    *    *    *

মহাক্কী অশেংবা মমিংদি ‘রোমা’ কোই। ময়াম্মদি মাবু ‘রম্ভা’ কৌনৈ। মদুগী অশেংবা মরমদি ঐদি হান্না খঙলমদে। মহাক্কী মশক হেক উবা মীপূম খুদিংমক্না মহাক্কী মমিং অমসুং লৈফম হংদনা খক তোক্কে। মহাকপু খঙদবা মন্ত্রি অফিসার লৈতে। মশক খঙদ্রবসু মাগী ৱারীদি হান্না তাখ্রবা ঙাক্তনি।

মহাক্না চঙখিবা অফিস-ক্বার্টর খুদিংমক্তা কোফি-শঙ্গোম্না হান্না ওকপা হায়সিঙাইরে। অমোনবা সোফানা মহাকপু কেনা নৌনা ওকখিদবা লৈতে। করিগীসু তরাম্না ওক্তনি? য়েংবদা মিং থুম্না নোয়পেনখ্রবা কফোই অমুনবগুম ঈ থাংনা ঙৌরবা কুচুদুগী মথক্তা হিগোক মচুগী শারি অমনা

চেংতকপা খ্বাংদু খুম্বোই খুমদবোই উরীনা উপালদা য়েচ্চবগুম হকচাং থুংনা খোমজিন-তাশিল শেৎলিবদো অঙাওবা লমহেনবা নুংশিৎনা হুমদোক্কদৌবগী হোৎনরি। শারিগী ফিজীশিং অদু নুংশিৎনা ফর-ফর হুম্বদা অফিসারদুগী মশাদু পোত্থাফম খঙদনা হাই-হুমদুনা জ্ঞান ইতা তাদনা লৈখি। রোমানা হায়খি ঙাঙখিবশিংদু ভাব ইতা তাহৌদে, অদুগা পীশিল্লকপা চেদুদা অফিসারদুনা মশাগী শোই হেক্তা খোৎলি। রোমাগুম্বী নিংথিরবী অমনা ‘মসিমত্তা তৌবীয়ু’ হায়জরবদা ঙম্মোই হায়দুনা লৈথোকখিগদবা নুপা লৈগনি থাজদে, লৈরবদি মহাক অদু পুন্সিগী ঈয়ায়দা ঙাল্লিবা মণি অদুবু খঙদ-উদবা মী ওইগনি।

অহিং অথেংবা ফাওবা রোমানা চঙবা য়াদবা মফম লৈতে, য়াফমসু থোকই। মরমদি ঙসি ফাওবদা মহাক্তা মী অমগী মাঙনবা শীনখিবা লৈতে। মীগী ফম হাপ্পিবা, ফম ৱাংখৎহনবা, ফম্মাই-ফান্নাইবা অচৌ অশাংশিংগীসু অপাম্বা খূদিংমক পীবা ঙম্মনবা মশামক চোংথোক্কুনা মতম চুপ্পা তয়ারিদা লৈরিবনি। রোমাগী লমন তোন্দবা কর্ম্মচারীশিং অদুদি প্রমোসন ঙাইবদা পেন্সন্না হাঞ্জিল্লকপনা অয়াম্বনি। মপুন্সিচুপ্পা নুংঙাইজখিবা য়াবা থবক অমসুং প্রমোসন অদু পীবীবগীদমক্তা ময়াম্মা য়েংবদসু হেন্না ফজনবা সনাগী লৈতেং খরদং মফম চানা থেৎচিন য়ানশিল্লকপদা করি নোক্লফম ওইগনি?

নোংমা টুরিষ্ট-হোম অমদা য়াম্মা চাশিন-থকচিনবদগী রোমা য়াম্মা ৱানা খাঙখি। ময়াই কাবা পোৎ চারু-থক্লুবদগী জ্ঞান মাঙখিদুনা মঙোন্দা করি করি থোকখ্রবগে হায়বা ফাওবা নীংশিংবা ঙমখিদে। মশা নাল্লবা য়াংলবা কার অমগী মনুংদা মশাদু য়াম্মা লেকথ-খুইথনা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদোকপদা লৈখোংদা কেল্লবা অশাৎপা লৈরাংগুম উন-ৱাইমুক চিক্লা তূম্লদুনা চৎখি। মসিগুম্বা থৌদোকসি থোকখিবা মতুং ইকুই কুইদনা অফিস খরদা অনৌবা অফিসার খল্লকপগী হরাও তয়াম্মা টি-পার্টি তৌবগী ময়াম নোকখেবগী খোঞ্জেল হেক হেক তাবা ফংই।

খ্বাইরক্সন্দ বজারদা নোংমা পুলিস অফিসার অমনা রোমাদা সলাম তৌরদুনা হায়–

"ইচেম্মা, কৈদৌঙৈ শংবিগদগে? চাক অমুক্তা কৌজগে। এস.আই. খর লৌগদৌরি হায়বা তাজে, ঐগী মী অনী অহুমদং হাপ্পিদবা য়াদ্রে।"

"ইপ্পাগীবু হোংনদবা য়াব্রো? ঙম্নবা হোংনবা তারেদনা।"

মখোয় অনীগী ৱারী শানবা তাহৌবা খুঙ্গংগী অহল অমনা মথন্তা ৱাখল তৌহৌই–

"ঐখোয়গী লৈবাক অসিসু ফমজাও পায়বা নুপী কয়া লৈরবা জাং ওইরে, থবক্তাসু হাপ্পা ঙম্বী, ঐখোয় ইবোহলগী থবক হায়বদু নুপী অসিদা চঙলবদি শোয়রোইদবা মাল্লিদা, য়ূমদা খন্নরুবা হায়দুনি।"

'ধুল-কা-ফুল' হায়বা ফিলম অদু নোংমা রোমানা নুপা অমগা য়েংমিন্নরম্মী। মালাসিনহানা পোকপদা ঙায়রিবা মচাদুবু জঙ্গন্দা হুন্দোক্লম্লগা চৎখিগে তৌবদা অঙাংদুনা মমাগী ফিজী য়াল্লগা কপ্লকপা মতাংদুদা রোমাগী মমায়দা হুমাং মরিক কারক্লুনা জ্ঞান মাঙখি অমসুং মশাদু লেকথরক্লুনা লায়কন্নখি। নুপাদুনা মাবু য়ূম ফাওবা থিল্লকই। মালাসিনহাগী পুন্সিগা রোমাগী হৌখ্রবা পুন্সিগা মান্নবা লৈখিব্রা হায়না নুপাদুনা চিংনখি। অদুবু নুমিৎ থোরকপদা লিক্লা তাকখিবগুম রোমানা হাইফেত্তং নোক্লকপদা চিংনরম্বা পূম্বদু শ্বাই মাঙখি।

"পংৱা ৱাবিরে, হয়েং নোংমা চথোকপিরকউ, ৱারৌবীবা য়াদে।"

অসুন্না রোমানা নোকফেৎ তৌনা হায়রকপদা সিনেমা মপূং ফানা য়েংমিন্নরক্তবগী নুংঙাইতবদু খুদক্তা কোকখিদুনা অতিয়াগী লৈচিল য়েংল-য়েংলদুনা নুপাদু ময়ূমদা হল্লকখি।

নোংমা অয়ূক রোমানা দ্রেশিং রুমদা ফি শেৎলিঙৈদা মপান্দগী নুপাগী খোঞ্জেল অমনা–

"ইচেম্মা, অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদ্রা?"

রোমানা মাগা য়াম্না লোন্দিন্নবা মী ওইরমাল্লে খন্দুনা মফি মরোলগী থোইনা থৌশাদনা খুন্নকই—

"চঙঙকউ য়ানি।"

অদুবু চঙলক্লিবা নুপাদু মহাক্না খঙবা মী ওইরমদবদুদা রোমা হাইফেৎ ঙকচানখি। নুপাদুনা খনখি— নুপী অসিনা জগোয় শারবদি পৈশা ওম্ব্লোক্লা য়াম্না তাথ্রনিদা!

রোমানা হংই—

"ইবুংঙোবু কনানো? কদায়দগীনো?"

"ঐগী য়ূম থাঙ্গী, খুঙ্গংদনি।"

"করি হায়গদবা লৈবা?"

"মরম হায়ববু হংচিৎ অসিবু শংবিবরা?"

"শংই হায়রগা কমদৌবা? শংদে হায়রগনা কৈদৌবা?" রোমানা ঙক্লপ্লা হংই।

"শংবিববদি ঐগী অহানবা পোকচবা ইচানুপাগী যষ্ঠী থোক্লি, মদুগীনি।"

"যষ্ঠী অদুদা ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো? " শাউরপ্লা রোমানা লাউরকই। নুপাদুনা খঙবোই করিবোই হায়রকই—

"জগোয় অমুক্তা শাবিয়ু।"

রোমাদু হৌজিক্তা ভাব অমা লাক্লে— মহাকপু জগোয় শাবীনি হায়না কনাগুম্বনা নুপাসিদা হায়জিল্লক্লবা জাৎনি। চমজরবা খুঙ্গংগী নুপাদুদা শাউনিংলম্বগী মহুত্তা নোক্লিংলক্লে, লোয়ননা ফাগীদুম খর তৌরগে নীংলদুনা হায়কই—

"ইবুংঙো, ঐগী জগোয়দি সুপ্নতংগী মী অমত্তগী মমাঙদা শাগদবা জগোয়নি, মমলসু নঙনা পুবা ঙম্মোইদা।"

"মমলগীবুদি কয়ানো অপাম্বদো পীজগনি, অদুদা মীয়াম মমাঙদা শাবা য়াদবা জগোয়নি হায়বদুদা খঞ্জানবনি।"

"মীয়াম মমাঙদা শাবা জগোয়দি মমলসু খর হোংবনি, থাংমৈবন্দ খুয়াথোংলোমদা য়াম্না লৈবনি, চৎলো-চৎলো ঙল্লিনৈদা থিহৌরুরো।" রোমানা নোকমি-নোকমি তাকপিরকই।

ঙসিদা ইম্ফাল কারকপসিদি ইঙাও হেক ঙাওইদা, মী অমত্তগী মমাঙদা শাগদৌবা জগোয় মখলসু লৈবজাৎ ওইরে, মদুদি 'ইস্পিসেল জগোয়' তারেদনা হায়না মথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লদুনা মকোক হোংল-হোংলদুনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিবদু রোমানা থোঙনাউদগী নোক্লদুনা য়েংহৌই।

মপান্দা ফজনা উরিবা পোৎ অসে মনুংদা ফজরল্লোই হায়না খক লৌনদে, লৌবসু পামদে। মপালনবু থিরবদা মনুংনা ফন-ফজদুনসু অমুক য়েংনিংলুবা লৈতে। অচৌ অচৌবা ফম্নাইবা ফাওবনা ব্যবহার তৌরবা শক-চুদসু চঙখোল্লবী রোমাদা মিৎনা উবা ফংদবা থীরবা দাগফম অমা লৈরম্লবা ফাওবদা মদুবু কনানসু খন্থরুবা পামদে। মীওইবগী মিৎ অনীসিনা থল্লায় হকচাং অনীমকপু পুনিংবা মফমদা চিংদুনা পুখিবদা থিংবা হায়বসে তরাইনা খক ওইথোক্তে। মরম অসিনা রোমাগী শক্তম্ব হেক উবমক্তদা মহাক্না হায়রক ঙাওলক্লিবশিং অদো য়ানিংবা অমা হেক্তা থম্মোয়দা ফাওরকই, য়াহৌদ্রগা কোন্না নিংঙমহৌরোইদবদো পুক্নীংদা হান্নবা হেক্তা ফাওই।

রোমাবু পুন্সিগী মরুপ ওইগে হায়না খন্দ্রবসু সুপ্নগী অমুক্তংদা ওইরবসু উনিংদবা কনাসু লৈরোই। ঈংনা চিক্না নুংঙাইনা মীকুপ অমত্তংবু পোথাজবা ফংলবদি মীওইবনা লল থুম্বুদি লায়না কাউথোকপা ঙম্মী। রোমানা থেক্লকপা শারকপা জগোয়দা পুম্নমক লুপশিনখিবদা কনাসু চিংনদে। রোমাগী জগোয় খুত্থেকপু উবা ফংদ্রবা লুপাগী নোটশিং অদুদি পুন্সিগী মনুংদা তুমিন-লোন্না ঙান্দুনা লৈরিবা শুক্ষ্মৎয়াই অদুবু ফংবা ঙমদ্রবা শিরুম-নারুম্লবা মীগা চপ মান্নরে।

* * * * *

## লম্মাঙনবা

*"লম্মাঙনবন্তু কনানা পামগনগে? অদুবু লম্মাঙনবা শারগা পন্থুং ফংগে নীংবা কনাগুম্বা কনাগুম্বী লৈরম্লোইহ খল্লুবসু য়াদে।"*

* * * * * * *

রাশিগা ইবোচৌগা মশা মশা য়ানরগা লৌন লৈনখিবা নত্তে। ইবোচৌবা মরম একই, লাইরিক ফৈ, লমচৎ ফজৈ হায়দুনা রাশিবু অহলশিংনা থাজরকখিবনি। ইবোচৌবনা চহী খর লিবদুদা অহানবদদি রাশিদু য়ারমদে, মমৈদা অহলশিংনা হায়মন-থেম্মনবদগী য়ারকখিবনি। মশক মতৌ ফিভম মুর্তি মগুণ মরাশি অমত্তা হেক ৱাত্তে। মহাক্না শেৎলক-চারকপা খুদিংমক পত্তবা অমত্তা লৈতে। থবক্তা ইডুকেসন অফিসতা কেরানী। ডাইরেক্তরনা লুনা চান্না তৌবা কেরানীশিংগী মনুংদা রাশিগী মিং পন্নে। মহাক্কবু হায়রবদি ডাইরেক্তরনা য়াদবা ইরৈ লৈতে। নোংমগী অফিসতা থুম্বা লু-লাংদগী লুপা খরদি লেপ্তুনা ফংই। মাগী নুপা

ইবোচৌবদি এল পি স্কুলগী ওজানি। ফিজেৎ চাকচা লমচৎ শাজৎ ওস্থোক্লা চমজখ্রবা মীনি। শক-চুদসু থোইরবা, লল-থুম পুশিল্লকপদসু হেল্লবনিনা রাশিনা ইমুংগী মকোক ওইনা থবক থৌরম খুদিংমক পাওথোকই। অঙাংদি নুপা অনী নুপী অনী, পাখঙ লৈশাবী লোয়না ফারে:

কেবগা রাশিগা অফিস অমত্তদা থবক তৌই। ফমদি কেরানী অচৌবা। মহাক্লা কে-মৌবা পাম্বসিদি মমিং 'কেবা' কৌবমক য়াবজাৎনি। নুমিৎ খুদিংগী কোই ককই, হাপ্তা খুদিংগী শম ককই, খুজিল ককই, চয়োল খুদিংগী মফি শুই। ইস্ত্রি মরম তাদবা ফি-রোল শেৎ-চাদে। গাড়িসু চকা অনী পানবা, চকা মরি পানবা, মখল মখলগী তোংই। কেবগা রাশিগা অনী পূন্না থবক তৌবসিনা অফিসকী ফজবা চীংলেম্বা হেনগৎপগুম তৌই। মখোয় অনী লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নবনিনা ওফিস কাবদা কুম্বদা গাড়ি অমত্তদা চৎমিন্নবা য়াওই। লৈকায়গী ব্লারেমশূবশিংনা ঙাঙনৈ— কেবগা রাশিগা, ইবোচৌগা নুংশিগা(কেবগী নুপী) ওস্থোক্লরগা লম্বা পাহল্লবদি য়াম্না হেন্না চূশিন্নগনি। মতম লেনবা দিল লেনবদা খ্বাইদগী নুংঙাইবসি ব্লারেম ঙাঙনবনি, নুংঙাইবা লিলা য়েংবগুম্বনি। অদুবু ব্লারেম ঙাঙনফম মীশক অদুমক্তি কনানসু ওইনিংদে।

কেবনা নুংশি লৌখিবগী নুংঙাইরবা ব্লারী লৈ। লৈকায়গী পাখঙ লৈশাবী ওইনা হৌমিন্নরকপনি। নুংশিনা কেববু পামজে নুংশিজে। কেবনদি থোইনা খল্লুবা লৈতে। নুংশিগা লম্বীদা থেংনবা খুদিং কেবনা ফাগী ওইনা হেক হেক কৌই 'নুংশিবী নুংশি'। মিংগৌ অসিনা নুংশিগী মফমদদি অচাকপা মৈদা ইকং হুঞ্জিনবগুম থোকখি। কেবনা চিঠি পীরক্কদ্রা খন্দুনা মতম ফনা কুইনা ঙাইরকখি। পীমল্লক্রুবদুদা নুংশিনা কলম খুৎপায় চেৎনা পায় পূক্লীংগী অনীংবা পূম্বা ফোঙদোক্লদুনা থারক্লে কেবগী মফমদা নুংশি-চিঠি। লৈশাবীনা পাখঙগী মফমদা হান্না চিঠি থাবা হায়বসি

চৎনদবনিনা কেবদো অহানবদা হায়ফেৎ ঙকচানখি। মহাক্না নুংশিদা 'নুংশিবী' হায়না করিনুংগী ফাগী তৌরুবনো খল্লকই। 'ফাগীদগী অমাংবা য়াওই' হায়নবদু তাদনা তোক্লরনি।

নোংমা কেবনা নুংশিগী ময়ূমদা ব্রা চমথোক্লরুগে খন্দুনা চৎলি। কেবনা ইথা থাজদনা লাকপদা নুংশিনা কয়াগী মতীক হরাওজবা ! কেবনা হায়রকই—

"নুংশি, নঙবু ঐনা ইচলমক্লি খল্লি, নঙনসু ঐবু নবুংমক্লি খল্লু। মসি নত্তবা অতৈ ব্রাখল অমত্তা খন্নগুমসি।"

খল্লম্বদুগী ওন্ন-তৈননা কেবনা হায়রকপদা নুংশি নীংবা কায়খিদুনা মমিত্তগী মপি তানা কপ্লুনা থম্মোয়গী মৈচাক খাঙবদু উবদা কেবগী থম্মোয়সু মহী চেনখি। পোকপদগী নুংশিজাও ওইনা হৌরক্লবা কেবগী থম্মোয়দা কপচেৎপী নুংশিগী মফম অমত্তং কঞ্জবা অরুবা ওইখিদে। নুংশিনা মহাকপু থম্মোয় শেংনা অখাকপা লৈতনা নুংশিবা উৎলকপদা মিনুংশি ফাওখি, খঙহৌদনা মিনুংশি অদুনা নুংশিবা ওনখি। ফাগী ফাগীদগী কেবনা নুংশি লৌখি।

মচা নুপা অমা, নুপী অমা, ইনাকখুনবা চাবোক্লি। কেবা মতমসিগী চপচাবা মীনি। অঙম অথৌ মন্ত্রি অফিসারশিংনা মাবু য়াম্না চাল্লি। মঙোন্দা ব্রানোম্বা চঙবা চান্মগী মনুংদা মরিফুতরা মাপলদি শোয়দে। অমা অনী শোয়বা য়াওরবসু পৈশা খুদক্তা শৎ হেক্তা হন্দোকখি, মথং অমুক হোৎনরসি হায়, মবুক নাহন্দে। লৈকায়দুদা কেবগুম্বা মী অতাঙবনি— দলাল শাগৎলকই, চহী হেক খূদিংগী মথোল হাপকৎলি, লৌ-শীং লেপশিনবা তোক্তে। নোং হেক ঙানবদগী মাগীদা লাকইবা মীয়ামসিনা মন্ত্রিগী য়ূমদু ঙায়। ব্রাৎলিবা হায়ববু য়ুনিফোর্ম শেৎপা নোংমৈ পায়বা খরদা মঙায়রে।

অফিসকীদি তলব চাং নাইদবা লৈতে। তলব ফংদে হায়বগীসু থোইনা ব্রাদে। নোংমগী খর খর অদুম লেপ্তুনা ফংবনিনা ঙাচেৎ থুমচেৎকিদি

ৱানিংঙাই লৈতে। মরৈ য়েৎকনবা পৈশা থাদরমদবা মীগী ফাইলদি লোৎশিল্লি, নুমিৎ কয়া থা কয়া নমশিন্দুনা থম্মী। শেঙ্গাবনা খুল্লিংবা মফমদুদা অচুম্বা মী দষা তাহল্লি। খোঙ-তোন চপ মান্ননা চত্থরিবা হূরানবগী থবক্লিনা কনাদা ৱাকৎলুনি? অমোৎ-অকায় ময়াম্না হাজিন্দুনা লৈরবা মফমশিং অসি শেংদোকপা অরায়বা থবক নত্তে। মথৌনা লৈবা মশা কখোকপা ঙমগদবা নহারোলশিংনা অশি-অচঙগী লাঞ্জঙ অমা নত্তনদি পাক হেক চুমথোকপা ঙম্নরোই। অরানবা পাম্বৈনা নুংঙাই-য়াইফবা তান্নবগী ৱাখল্লোন অসি থাদোক্লরক্তুনা করম্বা মতমদনো অচুম্বনা মায় পাক্লা লমজাও সরক্তা মায়থোঙ মকা লাম্না চৎপা ফংগদৌবা?

কেবদু এনজিও অমসু তৌরে। মচানুপাদু এম.এ. লোইরগা সরকারগী থবক তৌনিংদে, তলব ঙাইদুনা মতম লেন্দৌ শরুক মীরৈবাক্তগী নত্তগা ইরৈবাক্তগী পৈশা দমা-দমাদা লৌথরগা মীয়ামগী থবকসু তৌবা, শেন্দাল নুংঙাইবা এনজিও ওইনা তৌরগে হায়দুনা মদোমদা মায় ওঙ্গিনখ্রে। মচাগী মিংদা তৌই হায়বগী ৱানি, থবক খূদিংমক কেবনা তৌবা ঙাক্তনি। পৃথিবীগী ইনাকখুল্লবা লৈবাকশিংগী কোটি-পটিশিংনা পুঙ্গিল-পুঙ্গিল্লগা শেম্বা সংস্থানশিংনা লাইরবা লৈবাকশিংদা শেল থাদরকই শোত্থরিবা হিরম খূদিংমক মেনখৎনবা। এনজিও তৌবা অরায়বা নত্তে! মন্ত্রি এম.এল.এ অফিসার কেরানী কয়াগী মতেং চঙবনিনা মখোয়দা নপুবা খন্দবা য়াদে। শেলগী থবক ঙাক্তনি। লাক্ষ থাদরগা কোটি ফংদৌরিবনি, পৈশানা পৈশা তানবনি। হায়বদা লায়বনি, থবক ওইনা তৌবদি লুরিবনি। অদুনা কান্নে খঙলবসু থবকসিদা খোঙ থাংজিনবা পাক ঙম্নদ্রিবনি। রাশিদু কেবগী ওন.জি.ও.গী থবক্তা অশং-অশংবা তাঞ্জাদা য়াওশিনখ্রে। শেল পুশিল্লকপগী থবক্লিনা য়ুমদসু থোইনা য়াদবা লৈতে।

পোৎ খূদিংমক্কী মহাও লৈ। পৈশাখক্তনা পূম্নমক্কী পাউখুম পীগনি খনবা মীশিংনা কান্নবা নুংঙাইবা লায়না ফংবা ঙম্মী। মশাগী মথৌ নীংথিনা শূদুনা খূৎশূমন অদুনা ইমুং থাক্তুনা ঈংনা পানবসু লৈ। নুঙাইবগী হৌরকফম

অমদি তৃংনফম অনীমক পূক্লীংনি। পৈশা ফনা পায়দুনসু পূক্লীংনবু নুংঙাইত্রবদা করি উপাই লৈ? অদুগা হিংবদা পৈশা চঙবনিনা পূক্লীং নুংঙাইহনবদা পৈশা চঙই। ওজা অমা ওইনা য়াম্না চম্না ঈংনা লৈজরম্বা ইবোচৌবা মচাশিং শেম্লনবা হোৎনবদা অৱা-কোকথোংনরকই। মচাশিংগী দাবী পীবা ঙম্লনবা শেল হেন্না তাব্দবা য়ারক্রে। পেন্থোকপা হায়বা অদুদি পাখঙ লৈশাবীশিংগী অপাম্বা নত্তে।

এন.জি.ও. চলাইবগী মপূং ফাবা জ্ঞান তাস্লিল্লবা তুংদা রাশিনা কেবগী মতেং লৌরগা মাদগী ওইবা তোঙানবা অমা লিংনবা হোৎনরে। রেজিষ্টার তৌরে, শেলনা মেন্নরগা অরিবা সংস্থান অমা ওইহল্লে। পৈশানা ঙমদবা থবক অমত্তা লৈখিদ্রে। অশিবা মী হিংগৎহনবা ঙমদ্রবসু, শিগদৌরবা অনাবদু মতম য়ৈথোক্লুনা শিহন্দনা থম্বা ঙম্লে। লুপা ক্রোড় অমা মখায়রোম তাবা প্রোজেক্ত রিপোর্ট শেম্বা লোইরদুনা ষ্টেট সরকারগী মবী লৈনবা বিভাগকী অয়াবা লৌরে। হৌজিক অমুক কেন্দ্র সরকারগী সেক্রেটরীগী অয়াবা লৌনবা দিল্লিদা চৎপগী তঙাইফদবা লাক্লে। জর্মনিগী ফণ্ডিং এজেন্সি অমদগী লৌগদবা শেনফম্লি।

দিল্লিদা কনা-কনা চৎমিন্নগদগে হায়না ৱাতানৈ। ইবোচৌবসু লমকোয়বা চৎনীংবগুম তৌই। অদুবু থবক্কী মরম খঙগদবা অমদি লম্মীং তুম্মীং খঙবা কেবগা চৎমিন্নবনা হেন্না ফগনি হায়না রাশিনা হায়বদগী ইবোচৌদু য়ানিংদ-য়ানিংদা য়াখি। মচানুপা অহল সনাহলগা মখোয় অহুম চৎমিন্নরো হায়না ইবোচৌবনা অয়াবা পীথোকখ্রে। কেবদু দিল্লিদা চৎপদা য়াওবীদুনা মখোয়গী থবক্তা মতেং পাংবীনবা হায়নবীয়ু হায়না রাশিনা মাগী নুপা ইবোচৌবদা হায়। ইবোচৌবনা কেবদা ৱারম অদু হায়নরুবদা অহানবদদি থবক য়াম্না চিনবগী মওংদা হায়রকই, মমৈদা কন্না হায়জমনবদগী য়ানিংদবা মান্না য়ারকখি।

রাশিগা কেবগা অফিসতগী ছুটি লৌরে। প্লেন টিকেৎ অহুম কক্লুরে,চে-চাং অৱাৎ অপা য়েংশিল্লে, মফি-মরোল লোইশিল্লে,

পৈশা-নুংশা থৌরাং তৌরে। মচানুপী অনীদুগা নুপা য়াইমদুগনা মখোয় মখোয়গী অপাম অপাম্বা ফি-রোল, খোংজুপ, খোঙ্গ্রাওনচিংবা পো-চৈ কয়া তপ্লী।ইবোচৌবনা ফেজোম অমগা শাল অমগা তপ্লী। রাশিনা পোৎ চৈশিংগী মমিং ডাইরিদা ইশিল্লি, পৈশা কোন্নরবদি লোয়না লৈরক্কে হায়। হৌজিক্তি শুন্দ্রংদা পাইগদৌবা নুমিৎ অদুতবু পাদুনা লৈনখ্রে।

মখোয়না য়ুম থাদোক্কুনা চৎখিবা মতুং নুমিৎ তরেৎনি শুবদা মচানুপা সনাহলদু পেরি-পেরি য়ুমদা হল্লকই। মপাবুংনা হংই-

"সনাহল, করি তৌরে নঙ নথন্তা হল্লক্লবদি?"

"পাবুং, দিল্লিদা থুংলুবা নুমিত্তুদা নুমিদাংৱাইরমগী সরক্তা মীয়াম্না চিনবা মতমদুদা বোম পোকখায়রক্কুনা মায়গৈ শলাই খঙদনা চেন্নবদা লম্বী লম্মাঙনরে, ঐগা ইমাগা থেংনদ্রে। খঙদে, ককা কেবগা ইমাগদি পূল্লমগদ্রা?"

"অদুগা নঙনা করিগী নথন্তা হল্লকইবা?"

"ঐগা চহী লেংগা ওইবা দিল্লি মচা অমগী মতেং লৌরগা রেদিওদা অমদি দুরদর্সন্দা লাউথোকহল্লি, পুলিসতসু পাউ পীরে, খোঙ্গুল্লীবা ফংদ্রদুনা নুমিৎ হুম্নি দিল্লিদা ফাইদুনা লৈরল্লগা হল্লক্লবনি।"

ইবোচৌবনা চিন্তা পুদুনা ৱাখল তৌই–

"ওম্বোকপনিদকো! রাশিগা কেবগদুবু লম্মাঙনদুনা অদুম থেংনরম্মরোইদ্রা? নক্তগনা লম্মাঙনদনা লম্মাঙনরুরে হায়রগদৌরিব্রা? লম্মাঙনববু কনানা পামগদগে? অদুবু লম্মাঙনবা শারগা পঙ্খুং ফংগে নীংবা কনাগুম্বা কনাগুম্বী লৈরল্লোই খুল্লুবসু য়াদে। নহা ওইরিবা নখোয় ফাওবনা লম্মাঙনরবদা, অহল ওইরবা ঐখোয়নদি করিগী লম্বী লম্মাঙনরোই।"

* * * * *

## চিয়ারমেন

*"শুমাঙ লিলাদদি মমাঙ কমদৌগী তান্নে, মিটিংনিবু হায়রবদি দখিনা তৌনি, অথুম-অহাউ য়েন্নি হায়রকাও হেক লাক্লে।"*

*   *   *   *   *   *   *

ময়াং কংবা মরেপ ব্রাংবা খদাং কোই খাকপা কুচু মুবা খুরাইঙো চেয়ারমেন্না মঞ্জুনরবা ফৈজোম অমগা গেরুব্রা মচুগী খাদিগী পুময়াৎ অমগা থোল্লদুনা মখূৎ ওইনা ইংলিস খবর অমা পায়রদুনা, আনোক কাঙ্গোয়দুনা মাঙ থারদুনা হোবে হোবে কৈথেল্লোমদা হাইগৎলকই।

নিংথমথাগী নুমিৎ মনাক্তা চঙশিন্নদুনা নুংশা য়াইনীংবা ঈংবনা চিংশিল্লবা অয়ূক্কুদা মশাদা অরুম্বা ফি অমত্তা থোংদনা চিয়ারমেন্না হাইদোরকপদু উবদা হোতেলদা চা থক্কুনা লৈরম্বশিংগী মরক্তগী নহা অমনা,

"ইলেক্সন ময়া য়ৌরকপসিদা চিয়ারমেন অসি ঈংবা

ফাওদ্রমাল্লে।" হায়রকপদা ময়াম্মা ব্বা লাউনা নোক্লিগৈ চিয়ারমেন য়ৌশিল্লকপনা হাল্লি।

"করি ব্বারীদনো ময়াম্মা নুঙাইনরিসিবো? হায়না চিয়ারমেন্না খংনন-হেক ননশিল্লকপদা নোক্লরম্বদু খংলেপ-হেক লেপখি। নহা অমনা খুম্নকই–

"খুরাইঙোদি লৈবাক্কী খনবদা ঈংবগাক নীংশিংদ্রমাল্লে হায়দুনা ময়াম নুংঙাইদুনা নোকচরম্লীবনি।"

মাবু থাগৎলকপদুদা নুংঙাইরদুনা ময়াশিংদু ইরং-লংনা খিগৎলদুনা ইশি-শিনা নোকচরম্মী। থাগৎপদা হরাওদবা চৈবদা শাওদবা মী লৈতে। অশেংবা থাগৎপদি লায়রদনা থাগৎশিন্নবা ফাওবা হরাওনরিবনি।

চিয়ারমেন্না ইংলিস খবরদু মনীং মমাঙ ওন্ননা য়েংলিবদু উবদা ময়াম হৌদুনা নোক্লকই। নোকপগী নোম হাইবদা চা হৈদোরক্তুনা চিয়ারমেনগী মফিদা হেক চোংখ্রে। পীং হেক লাউখিদুনা 'করি থোকএদনা নয়া ইখি খিগৎলিনো' হায়রকপদা ময়ামদু মরু থক থক লুকথনখি। চিনফেন ফবা অমনা হায়রকই–

"খুরাইঙোনা খবর মনীং মমাঙ ওন্ননা পাবদুদা চা-গ্লাসতুনা ইকাইরদুনা নোম্থরকপদা চোংখিবা ওইরিনি, ব্বারৌবিনু।"

ব্বাতাদুদা ইকায়মনখ্রদুনা চিয়ারমেনগী মুরবা মায়দু অমুক হেন্না মকশিনখি। আনোক্তু লৌথোক্লগা রুমান্না গ্লাসতা অমুক তক মমিত্তা অমুক নান তৌরগা হায়রকই–

"খবরসি মনীং মমাঙ ওম্থোক্লগা পাবা-য়েংবসিদা য়াম্মা নোক্লিংলুরবোইরে।" হায়না হৈশিংনা লৈদুনা খুমদোরকপদুদা ইকায়বদগী অফা-অপুন্নখ্রবা মশাদু খজিক য়াংলকপগুম তৌই।

"খুরাইঙোনা ব্বাঙাঙ ব্বাতা হৈবা, পাইরক্কী লৌশিং লৈবদুনা রাজনিতি তৌবদা কান্নরিবনি।" হায়না অমনা হায়রকপদা চিয়ারমেন হরাওনা নোকচরম্মী।

"ইচাশা ইনাওশা, ইলেক্সন কুইদ্রবনি, ঐখোয় লৈকায়দি হোম পোল্লিংনিনা সোলিদ ফংনবা হোংনবিদবা য়াদে।"

অসি হায়রদুনা ময়ামদা নমস্তে তৌরম্লগা মিটিং অরুবা অমা লৈ হায়দুনা পরপ পরপ চৎখি। চাগী পৈশা পীরমদ্রে হায়দুনা হোটেল মপুনা তান্নখি।

চিয়ারমেনগী অশেংবা মনিং মথাদি রাজনিতিময়ূম খদ্রকচাউ, সাং হোম পোল্লিং। লমদমদুদা মাবু চিয়ারমেন হায়রগা ইখঙ খঙনৈ। তৌবসু মানা চিয়ারমেন ওইরমদবা কমিটি ইরৈ লৈতে। পার্টীগী চিয়ারমেন, লৈকায় মরুপকী চিয়ারমেন, খুঙ্গং শেমগৎপা কমিটিগী চিয়ারমেন, স্কুল কমিটিগী চিয়ারমেন, ফণ্ড মরুপকী চিয়ারমেন, এসোসিয়েসনগী চিয়ারমেন, ব-রি অমুক হায়নি অশি-মরুপকী ফাওবা চিয়ারমেন ফম থমসি হায়দুনা কংয়েৎ য়েৎলগা চিয়ারমেন হেক্তা ওইথোকপা ওস্না থথাগী চিয়ারমেন নত্তে। মানা চিয়ারমেন ওইবা য়ারোইদবা মফমদদি য়াওবিবা নত্তে। করিগুম্বা য়াওরম্লবসু মেম্বর খরদা মরাল শিজিল্লম্লগা হেক্তা রিজাইন তৌখি।

পব্লিক মিটিংদগাক মহাক্তা চিয়ারমেন ওইদুনা ঙাম্থোইবগী নীংথিজবসিদি থাবতনা ব্রাৎলগদবনি। চপ্পবা চায়রুং অনীদুগী মথক্তা আনোক কাঙ্গোই অনীদুনা খন্থরদুনা মীয়ামদো লৈর লৈরদুনা য়েংলিপোৎনি। মিটিং লোইশিল্লকপদা চিয়ারমেন্না ভাষন পীগদৌগী হেক হৌগৎলকপদা মীয়ামদু অমমম অনীনি ফুক ফুক হৌগত্তুনা চৎনখিবদা ওম্থোক্লা শাউনা মখোয়দৌ শীক্লা ঙাঙহৌখ্রপোৎনি—

"ঐখোয় লৈবাক্কী প্রজাশিংসি ওম্থোক্লা ভাব তাখিদ্রে, শুমাঙলিলাদদি মমাঙ ফমদৌগী তান্নে, মিটিংনিবু হায়রবদি দক্ষিনা তৌনি, অথুম অহাও য়েন্নি হায়রফাও হেক লাক্তে, করিগুম্বা লাক্লবসু মীনা ব্রা ঙাঙলিঙৈদা ফুক ফুক হৌগত্তুনা মচৎলি, মসিননিনে ঐখোয়গী লৈবাক্লা ঙসিফাওবা চাওখত্রিবা...।" অসিনচিংবা।

হৌজিক ইলেক্সন ময়া ওইরে। কেন্দিদেট্ট পূন্নমক মাগী মাগী মী থাদোক্লদুনা খোইরেন মশা পাইনখ্রে। মাইক্কি মখোন্না ৱা অমত্তা নীংথিনা ঙাঙনবা য়াদে। চিয়ারমেনসু পার্টিগী টিকেট তান্নবদা ফংদ্রদুনা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ ওইরি। মহাক্না মাইক্তা ৱা ঙাঙলকই—

"ননাই ঐগী সিম্বোলদি 'চৌক্রিদা মী ফম্বানি'। পার্টিগী টিকেত্তা লেপ্লসি নীং-খা তম্না ৱাংলি হায়দুনা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ ওইনা লেপচরে, মীয়াম্না নুংশিবিদুনা ঐনা হেক কাবগা সরকার পায়দৌরিবা পার্টিদো ঐগী পার্টিনি খনবীয়ু, হন্না হন্না মায়থীরক্লবনি, হন্না হন্না নুংশিবীয়ু।"

অসুম্না ঙাঙলকপদু তাবদা 'রাজনিতিময়ুম খদ্রকচাউ লাকএ, নচা নশূ চেকশিল্লু' হায়নৈ। অদুগা অমরোমদনা মহাক্না কপ্পা কপ্পা ৱা ঙাঙবা তারুবা নুপীশিংনা হায়নৈ—

"অসুক পুকচেল থোৎপা মীশকসিদা ভোৎ থাদদনা কনাদা থাদরুনেগে।"

ভোৎ নুমিত্তা চিয়ারমেননা সনারৈ অথোনবা পরেং অমা শিরদুনা চন্দোন-চৱা ইরং লংনা জীপ অমদা কোইচেল চেল্লদুনা পোল্লিং ষ্টেসন খূদিংমক্তা মহাক্না মকোক থোংনা চৎলি হায়রদুনা ঈরাং হেক লাঙই। মাগী মতৌদুদা ফদ-ফরবোই নীংদুনা কাদৌবা মঙোন্দদুম পীসি হায়দুনা থাদনবা য়াওই।

ভোৎ হায়দোকপা নুমিত্তদি মখোয় কেন্দিদেট মঙাগী মনুংদা চিয়ারমেন্না মমৈ তারে, দিপোজিটসু মাঙলে। পূন্নমক মাঙঙে তুম্মে খল্লুবদা বুদ্ধি চোইখি। মশাদু শম্বন্দা ঙাথরদুনা হায়রকই—

"থৌরো থৌরো চৎলসি।"

ড্রাইভরনা চিয়ারমেনগী মশাদা নোম্লদুনা—

"খুরাইবুংঙো, গাড়িদা অমুক্তা হান্না লেংখৎপিখো" হায়রকপদা জ্ঞান খংলাক লাক্লুনা ফুক হৌগৎলি। কোটকী ফুরিংখাউদা কোয়মা মাবদুদা চূরুপ থক্লীংমাল্লে খন্দুনা কনানোমনা চুরুপ লাপ্সিল্লকপদু মঙক হায়দুনা

লৌখিদে। সনারৈ অথোনবা পরেং অমা মহাক্কী ফুরিংখাউদগী শোরো শোরো চিংথোরক্লগা য়াম্না শাউনা লাক্লুনা লংখিবদু নিপামচা অমনা ওক্লুনা মঙক্তা শিজিল্লগা হারাওনা নোক নোক্লুনা চেনখি। অউবা অতাবশিংনা হায়নৈ—

"মন্ত্রি ফনা ওইনি হায়দুনসু ভোৎ লেপ্পা হৌনদেকো।"

ঙসিদগীদি কমিটি অমত্তগী চিয়ারমেন ওইখ্রবোই হায়দুনা শাউনা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা জীপ তোংখৎখিবদগী কমদৌনা ময়ূম য়ৌরকখিবগে হায়বদু চিয়ারমেন নীংশিংবা থোকখিদে।

নুপী অহুমদুনা হরাও হরাও চেম্থোরক্লুনা 'কমদৌরবগে' হংলকপদা চিয়ারমেন্না খোয়রাং খোয়শাওননা "নখোয় অহুম্না তেক খৎনমনবদগী ঐ মায়থীরিবনি" হায়না চৈরম্লগা পরপ পরপ ইমুংদা হোৎচিনখি।

* * * * *

## অনৌবা মপোক

*"পুৃহোংবা নুমিত্তনা নুংশিরবা মপাম পমদম থাদোক্লুনা চংকনি খল্লুবদা থম্মোয় শোক্লা কপচখি; ঙসিদি অমুক, মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্লুনা চংপগনি খল্লুবদা ইতৈমগী থম্মোয় মত্তুং কয়া থোক্লা দিংখাইখি।"*

*   *   *   *   *   *   *

সংসারদা মচা-মশূ পোক্লুনা অরৈ-লৈত্তা তাথোক-তাশিন তৌদুনা অরা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবা ফংবা অদুতনা য়ূম্বাল পুন্সিগী চপ-চাবা মহাও ফংবা ঙম্লিবনি। অদুবু চহী তরা হেন্না য়ূম্বানবগী কোকথোং পুরক্লবী ইতৈমগীদি কদায়? ইতৈমনা য়ুমগী নোমফম থোকপা থবক খূদিংমক শূরি নোম্লি; হিংবগী লানফমদগী মীকুপ অমত্তং ফাওবা মিংয়েং চোইথোকপা ঙমজদে। মাগী নুপাদুদি য়ূম্বানবগী ব্রাখল অমত্তা মকোক্তা য়াওদে, য়ু, গঞ্জা, কানিদা লূপখিদুনা য়ূমদা মতমচানা নোংমত্তা হঞ্জিল্লক্তে; খরচ ব্রাৎলগা ইতৈমদা খৎনবা হৌদুনা ফূবা, য়ূমগী অরৈবা পোৎ-চৈ কোল-লীক

পুদুনা চৎখিবা অসিনি। ইতৈমা য়ূম্বানবগী অৱাবা খম থেংলে। নিঙোলনা মীয়ূমদা ময়ূম শাদুনা লৈবা ঙমজরিবদি মপুরোইবগী নুংশি-মিৎয়েং ফংজবদগীনি। অদুবু ইতৈমগী মফমদদি মীকুপ অমা পন্থদুনা লৈনবগী মরম থিবা ফংদ্রবনি।

হৌজিক লুরিবদি অঙাংদি অহুম শুজিনখ্রে, মশকসু ফজখ্রবা ঙাক্তা। মপামদা চৎলগে খন্দুনা খোঙ নাম্মা কাম্থোক্লুরবসু খোঙ নাম্মদি ফুকপা হেক্তা ঙমদে। মানা চৎখ্রগা মচাশিংদু মরাইবক থীহৌনিকো খল্লদুনা পিক্লিবা মচাশিংদু কোল্লগা কপ্পি। মমানা নাউকোনবিরক্লবা ইতৈমনা থেংনরকখিবা অৱাবশিংদু মচাশিংদা অমুক তাহন্নিংদবদগী খোঙ থাংদোক্লুনা চৎখিবা ঙমজদে।

য়ূমগী নুপানা ওক্লবা ঙাওশিন্নবা নোংম-নোংমগী হেঞ্জিল্লকপা, অমরোমদা ইতৈমনা মচাশিংবু থাদোকপা ঙমদবা। ফিভম অনী অসিনা ইতৈমবু শয়েং নাম্মা নাম্মা পায়রগা চিংনবগা চপ মান্নখ্রে। ৱাখল নুংঙাইতবনা হকচাংসু নোংমা নোংমগী ময়েং তাশিল্লক্লে। অদুবু পিক্তক-চেংতক রাশি লৈবা ইতৈমগী মায়থোঙদদি অৱাবগী মমি তাবা খক উদে। মায়থোঙনা পূক্লীং তাকই হায়বদু ইতৈমগী মফমদদি অচুম্বা নত্তে। ৱারবসু নুংঙাইরবসু ইতৈমগীদি নোকমি-নোকমিদা তৌবা মায়থোঙনি।

ইতৈমগী নুপাদু কাহেন্না নিশা শিজিন্নবদগী অফ-ফত্ত খঙলক্লে, অপায়-অপায়বা পোৎনা থাবক্লে, মচাশিংবু নুংশিবগী ৱাখল মচেৎ অমত্তা লৈরক্লে। করি অমুক হায়রুনি, অৱা-কোকথোংনরিবী চমজরবী য়ূমগী মবেম্মা অমা লৈরি হায়বা ফাওবা খনখিদ্রে।

মমা লৈত্রবসু ইতৈমগী মপাদি লৈরি। মপাদু মীরক তিনবা, মচিঞ্জাক চাবা মীনি। লৈবা নুংঙাইত্রবদি মপাগী নাক্তা লৈররো হায়রকপা কুইরবনি। খাঙবা য়াবমখৈ খাঙখিগে, করিগুম্বা মপামদা হনবা তারবদি পুক্সিগী ওইনা হল্লগদবনি হায়বা ইতৈমগী য়ূম্বানবী অমগী অখাঙ কনবা

মতৌদুদা মপানা লাকও হায়না কন্না তকশিন্দবনি। কুইনা কংলক্কবা মচাগী মিৎকী পি অদু উবদা নুংঙাইত্রদুনা ইতৈমবু পোকপা মপাবুংদো মচাগী মনাক্তা লাকই। মচাবু পূক্লীং থৌগত্তুনা ঙাঙই–

"নুপীবু মপামদা মোংফম ওইহৈদে হায়রিবশিংদো অতৈ কনাসু নত্তে নুপীবু কাহেন্না ওৎ-নৈবা পান্না মীওই ঙাক্তনি, নপুরোইবগী সেরা তৌবা য়াবা তৌরক্লে, মহাক্না হান্নগুম ভাব তারক্লিফাওবা ইপাগীদা লৈরুরসি, ইচাগী করি ৱাৎকনি, ইপা লৈরিবসিদি।'

অসুম্না মপাবুংনা ইতৈমগীদমক পান্বোম তিংঙি। অঙাং ওইরিঙৈদদি অসিগুম্বা ৱাঙাঙসি তারগা চাউথোকচখি। অদুবু ৱাহৈশিং অসিনা ঙসিদি ইতৈমবু পূক্লীং নৌহনবা নত্তনা করিসু ওইখিদে।

খনবা য়াবা খল্লুরবা তুংদা মপাবুংগী মতুং ইন্দুনা চৎহৌবনা ফরে খন্দুনা চৎনবা থৌরাং লোইশিনখ্রে। লুহোংবা নুমিত্তনা নুংশিরবা মপাম লমদম থাদোক্কুনা চৎকনি খল্লুবদা থম্মোয় শোক্লা কপচখি। ঙসিনা অমুক মপুরোইবগী য়ূম থাদোক্কুনা চৎলগনি খল্লুবদা ইতৈমগী থম্মোয় মশুং কয়া থোক্লা চিংখাইখি।

চহী খরগী তুংদা নোংমা নুমিদাংৱাইরম পাউনা বজারগী সিনেমা হোল অমগী মমাঙদা নীংথিনা শেৎ-চারবী মৌ অমা ঐগী মিং কৌরদুনা নোক্লকই। মহাক্কু অতৈ কনাসু ওইরমদ্রে মতম কুইনা রাহুনা উম্লবী থাজ ওইরন্নবসু ঙসিদি চন্দ্রগ্রহন অদু লোইখিদুনা মাগী ঈংলবা মঙালনা মালেম শীন-থুংনা য়েল্লক্লবী পিক্তক চেংতক রাশি লৈবী মতম অমগী ইতৈমদু ওইরম্লে। মহাক হান্নগী নিশাচাবা নুপাদু কায়নখ্রবা মতুংদা অতোপ্পা মবুক-মপাউ ফবা নুপা অমদা অমুক ময়ূম পান্দুনা অনৌবা মপোক ফংজখ্রবনি।

* * * * *

## দেবদাসকী মোংফমদা পারু

*"খুত্তা পায়রল্লা মীনিবু চেকশিংণাহৌদবদগী ঈয়ায়দা তঃখ্রবদা, কনাদা করি রাকংলুনি অনুতোপ তৌজবা নঙনা।"*

*  *  *  *  *  *  *

থাশিরমদাই অহিং মমৈদা নোংপোক থংবা অতিয়াদা থোরকপা থাজগী মুশি-মুশিবা মঙাল্লক্তা মিংলু অনীমক পিরাংনা থুমহৎলবী নুপীমচা অমনা নাকেন্থাগী উপালগুম লেপ্লিবা পাখঙ অদুগী মফমদা হায়জে—

"ঙসিমক ঐবু নতুং ইলহনবিয়ু।
নুংশি-ব্রাইথুংনববু লাইরবমখৈ তোক্লদ্রা?
নঙগী ঈশৈ অদুদং তারগসু
পুঙ্গিচুপ্পা নোক্লা লেঞ্জবা ঙমগনি।"

মুৎশি-মুৎশি ঙাল্লিবা থাজগী মিংয়েংদা পাখঙ অদুনা খুন্মী—

"নঙনা শামুগী মতৌগুম থাবল চোংবদো
ঐগী নীংশিং লমায়দগী খক মুৎলরোই,

ঙসিমক ইতুং ইনবা অদুমতংদি
ঐবু নঙনা ঙাকপিয়ু, পারু।”

ঐগী মিং ‘পারু’ হায়না থোনবিরিবদি দেবদাসকী মরাইবক থীরবী ‘পারু’ অদু ঐবু ওইহনগদৌরিবরা? হায়রদুনা নুপীমচা অদু হিক্লা হিক্লা কপখি। পাখঙ অদুনা থম্মোয় চাউথোকপা মতৌদা থেমজিল্লকই–

“ঐবু লান্না লৌগনু
নঙ নত্তনা পুক্সিসিদা
ঐ কনাগসু লুহোংলোই
নঙগী ফিজী চিক্কুনা ব্রাশক্লিবসিনি।”

চুরম্বা নোংনা হাংখ্রবদা শাইজিন্দগী ঈচুম্না জুরিদা তারকপগুম নুপীমচা অদুগী মিৎলুগী পিরাং মরীক খরদং পাখঙ অদুগী মখোঙথক্তা তারকখি। থম্মোয় লৈরাংবু খোঙনেৎনবগুম থোক্লব্রা? করি তল্লমগবা লাইবক্তা!

মথংগী অয়ূক্তদি পাখঙ অদু নুংশিরবা লমদমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। হৌখিবা চহী খরসি সরকারগী থবক অমা তৌদুনা লমদমদুদা লৈরকপনি। অদুবু ট্রান্সফর তৌরকপদগী চৎখিবনি। নুমিৎনা তাখ্রবদা থম্বালদি করি ওইহৌনি। উপালনা তুখ্রবদা ঊরীনা কয়াম কুইনা লেপহৌনি।

চহীনা অঙাং ওইজরবসু মশানা চাউদম-শাংদম্বনিনা নুপীমচা অদু মিৎয়েংনফম ওইরকই। অমরোমদা মতমকুইনা মচানুপীনা থব্রায়তানা অমুক্তা নোকখিদবগী মতৌ উরুবদা মপাবুংনা অশেংবা মরমদু থিরকই। অপোকপী মমা লৈখিদ্রবী মচা অদুতবু মথম্মোয়দা লূম্না খঞ্জরদুনা চৎনবা-চৎনদবা থিদনা মচানা নীংজরিবা পাখঙ অদুগী ময়ূম থিরকই।

মতম অদু পাখঙ অদুগী মপাবুং লংফৈদা লৈখি। মমানা য়ূম পুদুনা লৈবনি। ফনমক লাইরজরবসু মচানুপাগী ইঙ্গিৎ অমতং ফংলল্লবদি মমা

মথন্তনা লুহোংবগী থৌদাং লৌরম্বা য়াবনি। অদুবু মদুসু থোক্তে। মচানুপীবু লৌসিনবিয়ু হায়জরুবদা ফিগাওশানা ওকপিনবা কনা লৈত্রদুনা নীংবা কায়বগা লোয়ননা মচানুপীবু থেমজিন্নবা হল্লকখি। পারুবু মমৌ ওইনিংদে হায়দুনা দেবদাসকী মপানা পারুগী মপাবু ইকায়বা পীরকখিবা অদু নীংশিংহল্লি।

নীংথিজবা কা অমত্তং ফাওবা লৈতনা করম্না অদুক চাউবা লুহোংবগী থৌরাং! মসিনি পাখঙ অদুনা মথন্তা হংজরিবা। অদুদি লুহোংদ্রবসু ইচম-চম্না নুংশি-পন্থুং য়ৌম্নিন্নবদি য়াদবরা? লৈমকোনগী লীক্লাংগুম কেজ-নৌজরিবী মহাকপু লৈত-লাইরগী মৈনুংদা লংশিনগদৌ শরুক লাইবকফবা কনাগী ঈয়ায়গী থম্বাল ওইখ্রসনু হায়না পাখঙদুনা খনখ্রবরা?

মতম কয়াগী মমাঙদগী শাগৎচরকপা আশাগী ফূরানা নীংখায়রক্লবা নুপীমচা অদুনা মিংকী পিগা লোয়ননা তেক-কায়রবশিং অদু খোমজিন-তাশিনবা হোৎনজখি। মপাবুংবু ইকায়বা পীরকখিবা অমদি মাগী নুংশিববু মীরাইবিবগীদমক নুপীমচা অদু হন্দক্তি ইকায়-নুংশি য়ান্ননা ব্রারৌখ্রে।

ইকুই কুইদনা ইনাকখুনবা মহৈমশিং হৈবা পাখঙ অমদা নুপীমচা অদু লুহোংখ্রে। লুহোংবগী গাড়িশিংনা ককচেংগী পরেংগুম পাখঙ অদুগী থোঙ্গাল লান্না চৎখি। ঙসিদগীদি থম্মোয়গী ব্রাসু থম্মোয়নুংদা, পূক্লীংগী ব্রাসু পূক্লীংদা, য়েন্নীং অমুক চোংলক্তনা মতম পূম্বগী ওইনা অদুম্মক কংখ্রসনু!!

ঙসি অহিংগী দৃশ্যসে ওন্থোক্লসু পূক্লীং হূনা নুংশিখ্রেদা! থাশিরমদাইগী অহিং মমৈদা থাজনা ব্রাতোন মতোন্দগী তপ্না-তপ্না

লিংখৎলকপা মতমদা অথাম্লদগী অব্রাবগী সুরদা ঈশৈ অমা শক্লকই-

"হা থম্বাল লৈহৌরোকো!
থম্বাল নদাই কাগীনি
পাখঙ ঐনা ব্রাবসে!
... ... ... ... ... ...
... ... ... ... ... ...!"

ময়ূম পানখ্রবী নুপীমচা অদুগী মিৎলু অনীদা গঙ্গা-যমুনাগী ঈরোং ফাংলকখি। অহিং অদুগী দৃশ্য অদুবু মুৎলরোইদবা মচুনা থম্মোয়নুংদা হন্না-হন্না য়েকচখি। 'শামুগী মতৌগুম নোম-নোম, নঙনা থাবল চোংই' হায়বা ঈশৈদু শক্লকপা মতমদদি নুপীমচাদু খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে...

"থম্মোয়বু হঞ্জিন-হঞ্জিন থুগাইবদমক হৈবা
থেমজিনবদি খক হৈতবা নঙগী ঈশৈ!
নঙসু ঐগুম মৈচাক পুরিবরনে !!"

ঈশৈ অসিনা লীচিং ওইদুনা থম্মোয় অনী শকখঙনখিবনি। হিক্লা-হিক্লা তূমথখ্রবা থম্মোয়বু ঈশৈ অসিনা অমুক হৌদোকপিবরে ! অহিংচুপ্পা হোল্লুরি.. ওইথোক্লরোইদবা কপ্পনাগী হিরেন্দা তোংদুনা তামহৌরবা পুন্সিগী হিদেন্দা!

খৃত্তা পায়রম্বা মণিবু চেকশিলহৌদবদগী ঈয়ায়দা তাখ্রবদা কনাদা করি ব্রাকৎলুনি, অনুতাপ তৌজবা নত্তনা! কায়না মৈচাক্লা কাহৎলবা পাখঙ অদু মাগী অব্রা-পোত্থাফম লম্বী থিরকই। ফাওরবা উর্দুগী কবি ওমর খয়ামগী- 'বই অমগা, কলম অমগা, যূগী লিক্লি অমত্তংদগা' হায়বা অদুমক পাখঙ অসিদা থোক্লরে। অচিকপা মফম থিদুনা থম্মোয়গী চৈনাশিং ফোঙদোকই...। ইশৈ ওইনা কয়া, দ্রামা ওইনা কয়া। পোত্থাবা খূদিংগী যু থকপদি লেপ্তে, মদুতনা মৈচাক মুত্থৎপদা পাম্বে ওইরি।

অসুম্না মতম কয়া লেল্লকপনা লমচৎ মাঙলক্লে, পাঙ্গল য়াওরক্লে। দেবদাসনা পুন্সি লোইরমদাইদা মীগী ওইখ্রবী মাগী মতম অমগী পারুগী মনাক্তবু য়ৌরবদি খন্দুনা মম্লবা অহিংদুদা মথন্তা হাইরং-তুরং য়াম্না ৱানা লাক্লুনা পারুগী থোঙ্গালদা মাগী মোংফম ওইখিবগুম পাখঙ অসিনা মাগী পুন্সিগী অরোইবা মতম য়ৌরক্লবদা নুংশি মাগী থম্মোয়গী থোঙ্গালদা পূক্রাংনা ভিক্ষা নিরুরি—

"নঙনা নিরবদা হাপখিদ্রবা ভিক্ষাদো
ঙসিদি নফমদগী অমুক নিজরি,
হন্দক মপোকসিমদদি
নুংশি ৱাইথুংনখিদ্রে,
মথং মপোক লাংওন্দদি
উরাই হক্লা পানমিন্নসিকে!
ঐদি তাইবঙ থাদোক্লম্লগে
ৱরৌগনুকো হাঃ ইনেমচা ওঃ!"

থাশিরমদাইগী মমখ্রবা নোংমগী অহিংদা মোমবর্তি অমত্তং মোংফমথক্ত থাল্লদুনা নুপীমচা অমা তেংথা-নাওইরম্মী—

"ৱারৌনুকো হাঃ ৱারৌচাউবা!
নঙনা ঐবু মীরাইবিরবসু
ঐনদি নঙবু খক মীরাইজদেকো.
কনাগসু লুতোংলোই হায়বা
নঙগী ৱাশক্তু ঙাক্লম্লবসু
ঐগী পুন্সিদি ফাগী তাহৌরেদো,
নঙনা ঐবু 'পারু' থোল্লম্বদি
তেক-কায়রবা 'দেবদাসকী' পুন্সিবু
নঙনা পামজরুবনা ওইরমাল্লেকো!

মথংগী মপোক লাংওন্দদি
পাম্মু নকাদা লাঙ্গোনবিয়ু।"

নুপীমচাদু কনানো হায়বা চপ-চাবা খঙনদ্রবসু পাখঙ অদুগা মতম অমদা নুংশি পন্দোল-লোম্মিন্নরন্বী কনাগুন্বী অমা ওইরমাল্লে হায়না অউবা কনানা নীংঙমদনা শোন্নহৌই।

* * * * *

# লৈবাক্লে

*"ইচানা লাইরবা মতৌকা ওননদ্রিবদি কায়নখ্রবা নত্তে এ ভূমি অমুক ইচাগী মোংফমদা ঊনররেদো!"*

*　　*　　*　　*　　*　　*　　*

নুপীমচা অদুনা ভাব তারকপদা মমা-মপা অনীমক লৈরমদ্রে। হনুবী অমনা মহাকপু য়োকপিরকই, মবোক থোকই হায়। মবোক্তু হৌজিক্তি শিখ্রে। মবোক্কুনা মাগী মিংদা বেঙ্কতা লুপা খর থম্বীরম্মী। মবোক্না মাবু নুংশিনা কৌবিরম্বা মিংদি 'লৈবাক্লে', মাগী পুন্সিগা চুননা থোনবা ওইরিগদ্রা? মবোক্কুনা শিরমদাইদা মাগী মমা মপা লৈরি হায়রম্মী;মখোয়গী মমিং মথাসু তাক্লম্মী। অদুবু মহাক্না খনখি— লুহোংখিবসু নত্তবা, পূন্নসু লৈমিন্নদ্রবা ইমা-ইপাদুগী মনাক্তা কমদৌনা চৎলুনি। মবোক্কুনা শিখ্রবদা সহরগী অহুমশুবা দলাল মথোন্দা কা অমা ব্রায়দুনা নুপীমচাদু লৈরম্মী।

নোংমা মমান্নবী সরজুনা মঙোন্দা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা তমখি—

'অঙন্বা অমদা থবক্কী ৱানোম্বদা ঐবু শেরান্ননা লমজিংখি অমদি ঐগী ইজ্জৎপু খোঙ্গাওনখি। ঐগী পুন্সি মরুপ্না নীংবা কায়না ঐঙোন্দগী লাপথোকখ্রে।'

সরজুগী মিৎলুদগী লাকওম ফাঙমদ্রবা পিরাং শিম্থখি। পিরাংশিং অদুনা লৈবাক্লেগী থম্মোয়বু ঈথক হৌহনখি অমদি অঙকপা ঈথিল অমদগী হায়দোকখি—

"সরজু, নঙগী পিরাংগী লমন ঐ শোয়দনা খুমগনি, কায়রবা নঙগী থম্মোয়বু তাইশিন্নবা হোৎনগনি।"

মঙাল য়াওদ্রবা মীনোক মরক্তা মিৎলু ঈরা চেন্না সরজুনা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখি।

নোংমা লৈবাক্লেগী কাদা মীয়ায় চল্লবী নুপী অমা লাক্তুনা হায়রম্মী—

"ইবেম্মা, ঐসে নঙগী নমানি, হৌখিবা পুন্সিগী লারৈ-লাথুপ পূম্বা ইমা লীগে। নঙ ইমাগা লৈরুরসি। ইমানা লানখিবা পূম্বা ঙাকপিয়ু।" নুপীদু মপি নৌরকই।

লৈবাক্লেনা থিনা চৈরকখি—

"ওইজবা থিবী! মমাশাবী! করি ওইজ-ওইথক পামদুনা তাৎ তৌররিবনো? মী চারমদাইদা কপ্পা গুম্তির হায়দুরা নঙবো?"

অসুম্না থীনা চৈদুনা নুপীদু তাম্থোকখি। তাইশিল্লুরবা লৈবাক্লেগী থম্মোয় অমুক হন্না ময়ি চৎখি।

নোংমসু নুপা অমগা নুপী অমগা লৈবাক্লেগী মনাক্তা লাকখি। নুপাদুনা হায়রকই—

"ইবেম্মা নঙসে ঐগী ইচানি, লাইবক থীবদগী কায়নখিবনি। ইপাগা পূন্না লৈমিন্নরুরসি, লানখিবা পূম্বা ইচানা ঙাকপিয়ু।"

লাকমিন্নবা নুপীদুনা ব্রা পাংলকই—

"ইবেম্মা! নঙসে হোস্পিতালদা পোকখিবনি, মতমদুদা ঐহাক নর্স ওইরম্মী। নঙগী পাবুংগা ইমাগা লুহোংবা অহলশিং য়ানদবদগী... নঙবু য়োকপগী থৌদাং মচা পোকচদবী হনুবী অমদা ঐনা শিন্নখি। হনুবীদু শিখিবদগী নঙগী লৈফম খঙলুদ্রবনি। ঙসিদি নপাবুংনা নঙগী খোঙ্গুল লীরক্লিবনি।'

ব্রাহৈশিংদু তাবদা হংনা শাবা মুর্তিগুম লৈবাক্লে চপতিংনা লৈখি। মথংগী মীকুপ্তা থম্মোয় নৌথরক্লুনা পিরাং ঈহৌরকই। অদুবু তৌগদবা থবক কয়া লৈরি খনবনা থম্মোয় কনবা শাদুনা হায়রকই—

"ঐগী ইমা-ইপাদি শিখিবা কুইরে। ঐঙোন্দগী করি খুদোংচাবা লৌনিংদুনা লাকইবনো?"

অসুম হায়না কম্ভোকপদগী নুপাদুগা নুপীদুগা নীংবা কায়না হনখি। নোংমা (সরজুগী মতম অমগী মরুপ) শ্যাম্না চিঠি অমা ফংলম্মী।

চিঠিগী মরোন্দি—

দাদা শ্যাম,

ঙসি ফাওবা ঐগী অশেংবা অমত্তা হায়খিদ্রি। ঙসিদি হায়জরগে—ঐগী মিংনা ষ্ট্রীট গার্ল, পোকফম্না হোস্পিতাল। ইমা ইপা অনীমক হিংলি। অচুম্বা মশক খঙবা ইবুংনা অরানবা সমাজবু কিফম থোক্তে। লাঞ্জদ্রবী নীংবা কায়রবী ইতা সরজুবু ঙাকপিয়ু। মঙোন্দা মরাল লঙজখিবা অঙম্বা নুপাদু ঐনা শিবগী দন্দি পিখ্রবনি!

অইবগী মিং থারক্লুবসু খঙই চিঠিদু লৈবাক্লেনা ইরকপনি হায়বা। থৌনা অমসুং অচুম্বগী মঙান্না অতিয়াদা নোংথাঙগুম ঙাল্লকখি। শ্যাম্না খঙহৌদনা হায়দোকখি—

"লৈবাক্লে, নহাক শক ফজবতা নত্তনা পূকচেলসু কয়াদা ফজখ্রবা! কখোকপতনা নথৌদাং ওইরবী নহাকপু কনানা অতোনবনি হায়গনি?"

খবরগী অহানবা লমায়দা পাক্লা ইনরকই—

"জিন শেংপী অমনা অফিসার হাংলম্লে।" মত্তা-মত কয়া পুথোক্তুনা ইনরকই। অঙস্বশিংগী লমচং লূজদবা অমদি শেঞ্জা-থুমজাগী মরমদা শুগায়না ইনরকই। নুপীমচাশিংগী লমচং-শাজং হন্থুরকপগী মরমদা অমদি সেক্যুরিটিগী চেকশিন্দবগী মরমদসু ইনরকই।

মীহাংপদু মচানুপী ওইরমগদ্রা চিংনরদুনা নুপী অমা ইপা-পাখংনা সহরগী ব্রাংলবা দলালগী সিরিদা কাখংলকই। কাদু ছো লোম্লমদে। ঙাশিল্লস্বা খোঙ হায়দোক্তুনা কা মনুংদা চঙলকই, কনাসু লৈরমদে। ঙাইহাক ব্রাখল তৌদুনা লেপ্লিঙৈ নুপা অমসু কাদুদা চঙলকই। মখোয় অনী হায়ফেং মীংচাননা য়েংনরম্লগা নুপীদু মাগী ইন্নফিনা মকোক খুমজিনখি।

'ইচানা তাইবঙ মঙফাওনদ্রিঙৈ কায়নখ্রবা নঙ-ঐ ঙসিদি অমুক ইচাগী মোংফমদা উনররেদো!!' অনীমক্কী থম্মোয়দা চপ মান্ননা ফাওখি নিংথমগী অয়ূক্তা থরো শাংপা পুখ্রিগুম।

"খবরদা ইনরকইবসি ইবেম্মা ওইরমগদ্রা চিংনদুনা লাক্লিবনি।" নুপীদুনা শোম্থাংননা হায়রম্মী।

"ঐসু চিংনদুনা লাক্লিবনি।" নুপাদুনা অমুক খোম্থাং পীরকখি।

নুপীদুনা ফমুংদা মাদুনা কোয়েং-য়েংবদা মোন মখাদগী চিঠি অমা ফংলম্মী। চিঠিগী মরোম্দি—

নুংশিরবা ইমা-পাবুং অনীমকপু নচানা খুরুমজরি। লাইবক থিবনা শকখঙনবা নুমিৎসিদা কায়নবগী নুমিৎসু ওইররে! ইহাকথক ইমা-পাবুংনা কয়াগী মতীক ব্রারমগবা! লুহোংদবা মমা-মপাগী মচা ওইবা ফংলুবদগী ঐহাক্লা ব্রাজরক্লবী ইতা সরজুগী মতেঙ পাংবা ঙমখিবনি। নুপীবু নুপাগী ইচম-চম্বা নেশা অমগুম খনবা 'অঙম্বা' অমগী পুন্সি ঈখন্নহনখ্রবনি নচানা! ইমা-পাবুং অনীমকপু পূন্না অমুক্তা ওইরবসু উজনিংলম্বনি, অদুবু মতম্না মদুগী তাঞ্জা পীবীদ্রে। নচাগী শক্তমদি অমুক হন্না উবা ফংলরোই। নচাবু ঙাকপিয়ু।

নখোয়গী নচা

'লৈবাক্লৈ'

"কুইনা মংলম্বা নোং
ইখঙ-খঙহৌদনা চুথরক্লে
অঙনবা অয়ূক্তা কাদু মমশিনখ্রে
মতমকুইনা লোৎশিন্দুনা থম্লকপা
থম্মোয়গী অমুবা লৈচিলশিং
অতিয়াগী নোংথাঙ মঙান্দা
ময়েক শেংনা উজখি।"

* * * * *

# মাঙলুরবা খূদোপ

*“মতম কুইনা মাঙলুরবা দুম্লাক্পী খূদোপকুম রোবিনগী খূদোপ্পা ভানুদা, ভানুগীনা রোবিন্দা নীংশিং-খুদোপ পীনরদুনা থম্মোয় অম্মোয শিন্নখি।”*

* * * * * * *

চহী য়াঙ্খে উনরুদ্রবা তুংদা শরৎ ঋতুগী মমৈদা নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ূক অমদা কোলকতাগী চর্চ অমদা রোবিনগা ভানুগা উনখি। হৌখ্রবা মপোক্তা ঈয়ায়দা তাদুনা মাঙখ্রবা থম্মোয়গী মণিবু হন্দক্কী মপোক্তা ফংজরবগুম থম্মোয় অনীদা নুংশি ঈহুল ফাওনখি। থম্মোয়গী দাগফম্বু মতম্না কোকহনবা ঙমব্রা? নুংশিবা কৌবা থম্মোয়গী মরল অসিবু মথোং কারকপশিংখক্তগীরা? অকংবা উদা চোংলকপা উয়েল-কংলায়েনগী চন্নফম লৈররোইদ্রা?

ভানুগা রোবিনগা হাইস্কুলদগী কলেজ ফাওবা তম্মীন্নরকই। মখোয় অনীমক মবুদ্ধি ফবগা লোয়ননা হোৎনবসু কল্লি। মথোৎ কারকপা মতমগী থম্মোয়গী ঈচেলসে চীংদোন্দগী হুম্বুরকপা ঈশিং চাইবীগুম লাক্ল-ফানবা ঙমদে। অমনা— থম্মোয়দা কারকপা অকনবা হ্বারগী ঈথক, অদুগা অমনা— প্যাঙ্গগী হিমায় চুমহৌনবা অচেৎপা ফিরেপ। অনী অসিনা শয়েং নাম্মা নাম্মা পায়দুনা চিংনবা লুরবা চাংয়েংগী মতম্নি। মসিমক মখোয় অনীগী মফমদসু থোকখিদবা নত্তে। অদুবু মতীক চাবা মী ওইদ্রিফাওবা পূক্লীং ঈরৈদা লুপখিদনবা খোঙফম চেৎনা লেপ্লখি।

টুয়েলভ সাইন্সতা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌরদুনা মেদিকেল কোর্সতা মখা তমথনবগীদমক ভানু দিল্লি চৎখ্রে। মপাবুংনা সরকারগী অচৌবা ফম অমা পায়রিবনা মদোম পোকচবী মচানুপীবু তমহন্নিংবা মফমদা তমহনবা ঙম্লিবনি। রোবিনসু ফাষ্ট ডিভিজন্দা ৱাংনা পাস তৌরকই। অদুবু মেডিকেল নত্ত্রগা ইঞ্জিনিয়ারিং তমথনবগী উপাইদি লৈখিদে। মরমদি মহাক্তি লাইরবা লুখ্রাবী মচানি। অদুনা মাগী হান্নগী কলেজদুদা অদুম সাইন্স ষ্ট্রিমদা তমথরী। ষ্টেটকী সিভিল সার্ভিসকী পরিক্ষা থাগে খন্দুনা লৈত-লাইরগী পল নমথেক্লনা রোবিন্না অয়ৌবী থাক্তা হোৎনরম্মী। লাইরবগী মৈখুনা মশক-মচু থোকহন্দ্রবী অপোকপী মমাবু অমুক্তং হরাও- মোমোন নোকহন্দুনা পোকপীবগী লমন শিংজগে হায়না রোবিনগী পূক্লীংদা চপ যুংনা খনখি।

লাপথোক্লরগা নুংশিবা হেনগৎলিসু হায়নৈ,উনদ্রগা কাউনরকইসু হায়নৈ। মসিদি মী মীগী পূক্লীং ৱাখলগী ফিরেপকি মখা পোনবনি। উদ্রগা চিংনবা অমসুং খোয়রাঙবা হেনগৎপদি য়াই। অদুগা উদ্রগা কাউবা হায়বসিদি পূকচেল শেংদবা অমসুং মশানা মশাবু থাজদবগী খূদম্নি। অদুবু মখোয় অনীদি লমচৎ শেংই, পূকচেল শেংই, অমগা অমগা থাজনৈ। অদুনা উনদ্রগা চিংনবা খোয়রাঙবা লৈতে, কাউনবসু লৈতে।

কোলকতাদা মেডিকেল কোর্স তমফম লৈনা-লৈনা করিগীদমক দিল্লিদা থারিবা? দিল্লিনা হেন্না ফবগীরা? মদোম পোকচবী মচাদুবু করিগী থাপ্না থম্মিংলিবা? ভানুগী পাবুংনা খনখি— নুংশিবদগী নত্তুগা কল্লকপদগী কনা-কনাগুম্বা লোয়না-তিন্নবশিংনা মচানুপীগী মহৈ-মশিং তম্বদা খুরৌ থাংগনি। মরম অসিনা অতোপ্পা ষ্টেট অমদা মচানুপীবু মখা তমথহনবনা অচুম্বা ফিরেপ্নি লৌখিবনি। মচানুপীগা রোবিনগা মরী লৈনৈ খঙবদগী ভানুবু দিল্লিদা থমখিবগী মরুওইবা মরম্নি। রোবিন অফবা ছাত্রনি হায়বা খঙলবসু সঙ্গ লৈতবা পৈশা পায়দবা কনা অমত্তা অৱাংবা ফম ফংঙোই হায়বসি ভানুগী অহলশিংগী ৱাখলনি। তশেংবদি অফিসার অমা ওইরিবা ভানুগী মপাবুংনা পু-পাং শুনা নাউয়োক্তবা রোবিনবু মঙ্ক্ষাক ওইনিংদবনি।

এমবিবিএস লোইশিল্লবা তুংদা ভানু ময়ূমদা হল্লকই। মহৌশাগুম চখোক-খোখোকপা তৌহল্লমদে। চহী মতম শাংনা উনরুদ্রবা মতুংসিদা উনদুনা ৱারী-ৱাতাই শাননীংই মহাক্কী থম্মোয়গী মরুপ রোবিনগা। অদুবু মদুগী তাঞ্জা লৈত্রে। মমান্নবী খর লাক্কুনা মেদিকেল কোর্স লোইশিল্লকপগী হরাও-নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে। ভানুনা অথুম-অহাও কয়া পুথোক্কুনা চামিন্নৈ। মমান্নবী অমনা রোবিনগী চিঠি অমগা গ্রিটিং কার্দ খরগা ভানুদা খৃৎশিন্নখি। মমান্নবীশিংনা লীবদগী রোবিনগী মহৈ-মশিংগী মরমদা খঙহৌই। মহাক ফিজিক্সতা মাষ্টর ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌরগা বেঙ্গোল সিভিল সার্ভিসকী পরিক্ষা থাখিবনি। হৌজিক মদুগী ফল ঙাইনা-ঙাইনা কলেজ অমদা পার্ট-টাইম লেকচরর ওইরি। রোবিনগী পাউশিং অসি তারগা ভানুগী পূক্নীংদা চাউথোকচবা পোকই অদুগা খল্লুরি—

"পরিক্ষাদু শোয়দনা পাস তৌরকপা ওইসনু।"

হৌজিক অমুক এমডি তমথনবা ভানুদো দিল্লিদা চৎখিবা তারে। মহাক্কা রোবিন্দা পীননবা চিঠি অমদি ইরে, মদু য়ৌহনখিনবা উপাইদি লৈত্রে। মমান্নবী অমত্তং উনরুগে হায়বা ফাওবা অহলশিংনা থিংঙে। মতম্না পোখাবা

হৈতনা চৎখিবগুম ভানু মথৌনা কৌরক্লবদা পম্বদনা নোংথক্তা পাইদুনা চৎখ্রে দিল্লি তম্না। পূক্লীংগী ব্রাসু পূক্লীংদা, থম্মোয়গী ব্রাসু থম্মোয়দা অদুম্মক পত্তুনা মাঙ্খিবা তারমাল্লে! পূক্লীংগী অরোল অথুপ কয়া য়াওরিবা চিঠি অদুবু ডাকঘরদা থারকপসু ভানুনা পামখিদে।

নুংশিববু মীরাইদুনা ব্রাহে অমত্তা ফাওবা হায়রমদনা অহল-লমনগী য়াকাদা খোঙ থাংখিবগীদমক হন্দক্তি রোবিন্না ভানুবু তশেংনা ব্রারৌখ্রে। অমুক হন্না পূক্লীং শোম্বহল্লরোই লেপখ্রে। মবুদ্ধি ফবা মপূক্লীং লাকশিনবা ঙম্বা হোৎনবা কনবগী চপ চাবা ফল ফংলে। রোবিন্দো সিভিল সার্ভিসকী পরিক্ষা হায়দোরকপদা অনীশুবা পোজিসন্দা পাস তৌরে। অচৌবা অফিসার ওইখ্রগনি। কয়াদা মরাইবক ফখ্রবনো। কোলকতাগী মনুং অমসুং মপান্দা ঙাঙনৈ শোন্নৈ মহাক্কী হোৎনবা কনবা লমচৎ ফজবা অসিনচিংবা মতীক-মগুন কয়াগী মরমদা। নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংগী মচা নিঙোল কয়া থাজনিংবগী পাউ লাক্লে। মসি ওইরমাল্লে তাইবঙ লোলচৎ। ভানুগী মমা-মপাদু রোবিনগী মায়পাকপগী ঈ-পাউ খূদিংমক তারিবনি। অদুবু রোবিনগী মরমদা মখোয়গী মচীন্দগী ব্রাহে অমফাও ঙাঙখিদ্রে। মীবু লাইরবনি মতীক চাদবনি হায়দুনা হস্থুনা য়েংলুবগী ইকায়বা খরদি শোয়দনা পোক্লমগনি। ইনাকখুনবা মচাশিংগী নাপল চাউবা মীবু হস্থুনা য়েংবা অমদি তুররিংবা লমচৎ পামদবদগী, লাইরজরবসু লমচৎ ফজবী ঈংজ-তপচবী নিঙোল অমবু হায়না-শীংনদুনা রোবিন লুহোংখি।

রোবিনগী মায়পাকপা অমসুং লুহোংবগী পাউ খূদিংমক ভানুনা মমান্নবী অমগী খূথাঙদগী তাবা ফংই। মহাক্কী মপাবুংনা রোবিনবু লাইরবা ইমুংগী লুখ্রাবী মচানি খন্দুনা য়াম্না হস্থ-তোম্থনা য়েংখিবা মীৎয়েং অদুগীদমক খল্লুবদা ভানু ইকায়-নুংশি য়ান্নখি। লল-থুম সঙ্গ অমদি শাগৈ-নাতৈ য়েংলগা মীগী মগুণ লেপ্পিবা মাগী পাবুংনা রোবিনগী মফমদা মায়থীবা ফংলিবা

অমদি মহাকপু থম্মোয় পান্দবী পূকচেল শেংদবী অচাউরম পাম্বীনি হায়না রোবিন্না খল্লমগদৌবা অদুগীদমক ইকায়বা পোকই। এমডি পাস তৌরবসু ভানু দিল্লিদা অদুম লৈখ্রে। কোলকতাদা হল্লকপগী ৱাখল থাদোকখ্রে। দিল্লিগী কারবারৱাল্লা অমগী মচানুপা এম কোম অমদা চাউনা লুহোংখি। ভানুগী মমা-মপাগী নীংবদি থুংলম্বা য়াই। অদুবু ভানুগী থম্মোয়দা অহাঙবা অমদি মতম পূম্বদা লৈহৌরগনি।

মীওইবগী পুন্সি অরেপ্পা লৈতে। নুংঙাইবা অমুক, অৱাবা অমুক। নুংঙাইবা-য়াইফবা অচৌবা-মচা অপঙবা-অশিংবা খূদিংমক অশিবগী খয়াত্তগী খক নাম্থোকপা ঙমদে। রোবিনগী নুপী অদু ল্যাকেমিয়ানা নাবদগী ভারতগী অফ-অফবা হোস্পিতালদা পুদুনা লায়েংখি। অদুবু ফবা ঙমখিদে। য়েংবা য়াবা য়েংলবা, তিংবা য়াবা তিংলবা মতুংদা নোংমা রোবিনগী লোয়নবীনা নুংশিরবা মচানুপা অমদি মপুরোইববু অৱাবগী ঈপাক্তা লংথরম্লগা ইখঙ-খঙহৌদনা তাইবঙপান থদোক্লুনা চৎখি।

ভানুগী মচানুপী অনীদুগী মনুংদা অহন্দুনা ইলেক্ট্রোনিক ইঞ্জিনিয়ারিংদা মাষ্টর লোইশিল্লবা মতুংদা ক্লাসমেট অমদা ময়ূম পানখি। মখোয় অনীমক অমেরিকাদা থবক তৌখ্রে। অদুগা ভানুগী অনীশুবা মচা নুপীদুনা এম এ ইংলিসনি। মহাক্না কলেজ অমত্তদা ওজা ওইমিন্নবা অমদা ময়ূম পাল্লি। ভানুগী নুপাদু সরকারগী থবক তৌদে। কারবারগী ইমুংনিনা কারবারনা হেন্না পাম্মী।

ওন্থোকপা লাইবক্লি! ভানু মহাক্কী মপুরোইবগা মতম শাংনা লৈমিন্নৌ তন্নক্ত্রমাল্লে! মখোয়গী মচাগা মস্কাক্কা উনবা অমেরিকাদা চৎপদা লমখাঙদা এরোপ্লেন কায়দুনা ভানুগী মপুরোইবা লৈখিদ্রে!

থম্মোয়গী লায়না অমদগী ভানুগী মপাবুংসু লৈখিদ্রে! মমা মথন্তা তরক-তরক লৈবা নুংঙাইরম্মোইদবদু খল্লদুনা, মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুং চহী অহুম্লোম লৈরগা, মমাগা লৈমিন্নরগে খল্লদুনা কোলকতাদা লাকখি। মতম অসি ভানু থবক্তগী পোখারবনি।

মহাক্কা থায়না লুনা তিন্নরকপী মমান্নবী খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম চৎপী অমগা তোয়না ৱারী শানবদগী ধর্ম্ম অদুদা ভানুসু থাজবা থম্লকই। নোংমাইজিং খুদিংগী মমান্নবীদুগা চর্চতা প্রেয়ার তৌবা চৎমিন্নৈ। নোংমদি বোরিনগা ভানুগা চর্চতা পূল্লুরে। রোবিন থবক্তগী পোখারবা তুংদা চর্চ ময়ামগী কোওদিনেটরগী থবক পুরবনি। প্রেয়ার লোইরগা মখোয় রোবিনগী কাদা হেক হেক ৱারী শানৈ। ইনখৎলকপা মতমদা অহলশিংগী ৱারক-ৱাতেম কনখিবনা নুংশি নুংশিনা নোংমতা ফম্মীন্নদুনা ৱারী শান্নবা ফংখিদে। অদুবু ঙসিদি বিধিগী করম্না থৌইশিন্ননো খঙদে হৌখ্রবা পুক্সিগী চেনা কয়া মথং মথং হাংদোক্লকনা (মখোয় অহল ওইরে হায়বা কাউথোকখিদুনা) লানখিবা কয়া শোয়খিবা কয়া ঙাকপিনবা অমনা অমগী মফমদা হায়জখি। রোবিন্না হায়রকই—

"হৌখ্রবা পুক্সিনা মমাওগী মপোক্কি লৌরসি, লেমহৌবিবা পুক্সিসিনা অনীশুবা মপোক্কি নীংলসি।"

ভানুগী মিৎলু অনীদগী পিরাং ঈহৌননা খুম্লকই—

"হৌখিবা পুক্সিদা লানখিবা কয়া ঙাকপিয়ু, অহল লমনগী চৈরাক কনমনখিবনা থম্মোয় পান্দবী তাখিবনি।"

"হৌখিবা পুক্সিদা নঙ-ঐ থুংনখিদ্রবসু, লেমহৌরিবা পুক্সিসিদা নুংশি-ৱাইথুংনৌ তম্লক্লমাম্লে।"

রোবিনগী ৱাহৈশিং অসিনা ভানুগী থম্মোযদা নীংঙমদবগী চৈনা হন্না-হন্না পীবদগী মিৎলুগী পিরাং লেপ্তনা শিন্থখি।

চর্চকী থৌপুবা অহল্‌শিংগী অয়াবা লৌরগা অৱাবা নুংঙাইবা কপ্লিংবা নোক্লিংবা কয়ানা তিল্লবা রোবিন অমসুং ভানুগী লুহোংবগী থৌরম য়াইফরবা নুমিৎ অমদা চর্চতা য়াম্না চম্না পাঙথোকখি। মতম কুইনা মাঙলুরবা দুষ্যন্তগী খূদোপকুম রোবিনগী খূদোপ্না ভানুদা, ভানুগীনা রোবিন্দা নীংশিং খুদোল পিনরদুনা থম্মোয় থম্মোয় শিন্নখি। মখোয়গী লেমহৌরিবা পুন্সিদি লৈত-লাইর তোল্ল-তারবশিংগী সেবাদা কখোল্লসি হায়না লেপ্লখি।

* * * * *

# লায়রবগী শিকার

*“কুইশ্রবা মনশ্রবা রারী অদু অহিং অসিদা মখ্বায় হাপখি। মবুক পেল্লিডৈদদি ফত্তবা কনাসু লৈতে।”*

*　*　*　*　*　*　*

পাখঙ ওইরিবৈদদি ফজরমখ্রবা অঙাংজাওনি। মোইরাংগী খম্বা হায়দুবু মাদৌনা ফজরমদ্রা হায়নরম্বনি। তম্ফামনিগা মাগা মতেক খর নুংঙাইনা পাল্লম্বদু মীপুম খৃদিংমক্তা তিন য়োৎনহৌরিবনি। শক ফজবদা তম্ফানি হায়দুনা মমিং ওখাক চৎলল্লিবনি।

অঙাংজাও চহী য়াঙ্খে হেল্লবা মীয়ায় চল্লবা মীনি। মচা মঙা পোকপা চাকখুমদা খুৎ কল্লবা ইমুংনি। মচানুপী অহন্দু হন্দক্তা লুহোংখিবগী মীঙোন্দগী পুরুবা লীশীং তরাদু কমদৌনা শিংসিগে হৌজিক হৌজিক্কী ফাওবা লৈতবদা খন্দুনা মরক মরক্তা ব্রাখলনা পঙথরকই। লৌ শঙম অমত্তং লৈজরম্বদুসু অৱাংথংবগী ইনাকখুনবা বিরমাধবনা লৌশিনখ্রে। মপাবুংগী

সোরাত্তা লুপা লীশীং তরুকখক লৌরুবদু শিংদোকপা ঙমদবদগী শেন্দোয়তনা শক্তুনা লৌখিবনি। মদুগী খল্লুবদা নিংদোল পোল্লিবনি। নোংমগী চাকখুমগী মৈ মুত্তনবা হোংনবদা লৈকায়গী দেব-কর্ম্ম-লুহোং-খোঙদোংবা অয়াম্বা য়াওবা ঙমদ্রবনি। মরম অদুনা মী অমদা লানবা হৈত্রবা মপাঙ্গন্তনা নোম্লগা হিংজরিবা অঙাংজাওবু কনানসু মীথানবীবা নত্তে। মচীঞ্জক চাবা কাংবু অমনদি মাবু হায়ন-তানবা য়াই হায়দুনা থাগৎলি। অশেংবমক্তি মহাকপু মপাঙ্গল তেক্লা শিজিন্নরগা অপীবা পৈশা অদুতমক লৌই হায়দুনা থাগৎলগা তিকি পীজবা হায়বদুনি। অঙাংজাও অপঙবা মী নত্তে। অপঙবা শারগা মীনা নুংশিবী খন্দুনা পঙশিন্নবনি। অশূমন্দা মন্তিক্লরুরগা মাবু থবক শূহন্দদুনা চাকখুমগী মৈ মুৎকদ্রা হায়বসিনি মহাক্লা খনবদি।

চাবা থকপদা মচি ওইরক্তবা অমদি রাখল নুংঙাইরক্তবদগী অঙাংজাওগী ফজরম্বা কুচু-কুমেন পূম্বা ঙসিদি মাঙখ্রে। তোঙথোরক্লিবা চায়রুংগী শরুশিং অদুনা তাক্লি— মহাক অসুক্কী মতীক কংথরক্লে। অঙাংশিং অদুতবু মবুক খল্লবদি হায়দুনা মখোয় অহলশিংগীদি কয়াবু থৌশাদ্রবনি।

অঙাংশিংনা লৈ-লৈতে খঙদনা চাগে-থক্কে হায়দুনা নোংনা লেপ্তুনা চুশিল্লকপগুম নিংঙাই তৌশিল্লকই। নোংজু পাম্থু ওইবনা শূফম নোমফম্লগা লৈরক্তবনে, নোংমগী নুমিদাংদা মচানুপা অতোম্বদু কপমনবদগী কনাদগীনো চেং খরদং হংলুগে খন্দুনা তম্ফামনি থোঙ্গাল্লোমদা থোরকই। ইকায়রবসু ইকায়না বিরমাধবকীদা চঙলকই।

বিরমাধবনা পাখঙ ওইরিঙৈদা তম্ফাবু য়াম্লা পামজনা লৌগে হোৎনজরম্বনি। অদুবু ইনাকখুল্লবসু হৌন-চন্না খঙলম্মোই হায়দুনা তম্ফানা য়াহৌদবনি। মাগী নুপী শিখিবা কুইদ্রিবা বিরমাধবনা য়াম্লা পূকচেল চাউবা

মতৌদা হায়রকই—

"তম্ফা, করি করিনো দরকার ওইবমখৈ পুখো, অৱাৎ-অপা খূদিংমক হেক্তা লৌকলাও।"

কুইখ্রবা মনখ্রবা ৱারী অদু অহিং অসিদা মথ্বায় হাপখি। মবুক পেল্লিগৈদদি ফত্তবা কনাসু লৈতে।

অঙাংজাওদো ঙমদে হায়দুনা কুনখিবদগী চখোক-খোত্তোকখিদবা কুইরে। তম্ফাগী মপাম্লোমদগী শেলগী মতেংদি ফংগদবা লেত্রে। ময়ূমপানখ্রবী মচানুপী অহন্দুনা মতেং খর খর পাংলকপদুনসু ওইবা য়াদ্রে। মাইবা ডাক্তর অমবু কৌদুনা নীংথিনা চাং নাইনা য়েংহনবসু ঙমদ্রে। উজাও অদুনা তুখ্রবদা মশা-মরেংশিং অদুনা করিনো তৌগদবা? মাগী নুপীনা লৈকায়দা শিল্লংলুরগা চাকখুমগী মৈদংদি মুত্তনবা হোৎনরি। লৈকায়দা শিল্লংববু য়াম্না কেনা-মৌনা চৎপগী মওংসু উবা ফংই। তম্ফাগী শাজত্তা পেন্দবা ফনা লৈন্দুনসু অঙাংজাও চীন-থোকপদি ঙমদ্রে। মদুগী মবমদা পন্দুনা খজিক্তুং চৈ-থাংলুবদা মচাশিং পূম্নমক্তি চরা হেন্দুনা কংবা ভুই। ঙসিদি অঙাংজাওদো মহাক্কী শাংলবা শম অমসুং চাওরবা খূজিল অদু নত্তনা মাগীনি হায়বা করিসু লৈত্রে।

লাপ্পা ময়ূম পানখ্রবী মচানুপী অহন্দু ঙসিদি মপা ঙমদবগী পাউ তাবদা মপামদা লাকই। মপাগী শোকথরবা হকচাং অদু উবদা পিরাংগী ঈংক হৌরকই। মপাদু অমুক হৌগত্নুনা চৎলখিনি হায়বা থাজদ্রে। কুইনা উরুদ্রবা মচাগী মশক উবদা অঙাংজাও মপি নৌথরকই। মচানুপীনা হংই—

"পাবা, করি চানিংঙ্ই?"

"ইবেম্মা, ঙসিদি ইপা চাক খরদং চাগে, নঙ ইপাবু চাক ইল্লু।"

মচানুপীনা চাক ইল্লিগৈ অঙাংজাওগী মিৎলুদগী ঈচেল অনীনা লেপ্তুনা চেস্থরকপদু উরগা মচানা হংজৈ—

"পাবা! করিগী কপ্লিবনো?"

"নঙনা অঙাং ওইরিঙৈ, ইপানা নঙবু চাক ইনবিবদা, নঙনা ঙারৌ য়ামদে হায়দুনা নিংঙাই তৌখিবদো নীংশিংদুনা কপ্লীবনি।"

"পাবা, মসি ওইরমাল্লে পুন্সি খোঙচৎ হায়বদো।"

মচানুপীনা পুখিনবা তম্ফামনিনা ইশ্বোন্দগী মনা-মশীং হেক্লি। মনাওসিং মৌপ্পাশিংনা হয়েং চৎলো হায়দুনা মচেবু খাম্মী। অঙাংজাওনা মচানুপীবু যূমদা হল্লো, মহাক করিসু তৌরোই হায়। ফদ-ফরদৌবোই নীংদুনা মচানুপীদু হনগদবগী শেম-শারি।

চৎলমদাইদা মচানুপীনা মপাবুংদা হায়রকই—

"পাবা, ঐ চৎলুখিগে, নোংমা-নীনি লৈরগা অমুক লাক্কে।"

খুল্লক্তে হায়দুনা মপাবু হন্না-হন্না কৌজে। অদুবু অঙাংজাওদি উইশিনখ্রবা মিৎ অনীদু অমুক হন্না পাঙথোরক্ত্রে, কনানসু কৌবদা খুমখিদ্রে। ইমুং মাঙ্গোন্দা নোং খোংবগুম কপ্লরক্লে।

* * * * *

## পৈশাগী মেলা

*"মন্ত্রি হেক ওইখিবদগীদি মাগী নুপী অমগুনা মঙোন্দা পৈশা পীখু হায়রম্লে। মন্ত্রি ওইরিবা মঙোন্দদুম পীশিল্লক্লে।"*

*    *    *    *    *    *    *

থায়নগী ইপা ইপুশিংনা শেৎলম্বা ফিজেৎনা হৌজিক মতমগী ঠিক-নাইদবা ফিজেত্তগী চীং-লেম্বা হেল্লি হায়বসি ঠিকাদার তোমালনা ফৈজোম-তোমাল কাওদুনা লীচৈমরু অমা পায়দুনা নোমহৌ নোমহৌ নুমিদাংৱাই হৱা চাবা থোরকপদু উরবদি খঙবা ঙমগনি। চীংনা কোয়না পনশারিবা লৈবাকসিগী মনুংদা মাবু খঙদবা মী অতাঙবনি।

পৈশা পায়জরবসু গৎ-তাদবা নুপাবুদি নুপীনা পাম্বীবা নত্তে। ঠিকাদারগী ঙৌরোক ঙৌনা চাউদম শাংদমবা শাবান, জীপ তোংনিংদ্রগা কার, কার তোংনিংদ্রগা ভেসপা, পূন্নমকক্তু তল্লগনা লুনা মচা অমা তোংদুনা চৎপা উবদা মাবু কল্লক্তবা য়াওদে। মানা ঠীকা তৌরম্বা মফম

অয়াম্বদা নুপী অমমম লৌরম্মী। মপুরোইবা শিগ্রবী কয়া অমা, মপুরোইবগী খাইনফাত্তিবী কয়া অমা, মাগী পৈশাগী মেলাদা পূক্নীং শুমহৎখিবা ঙাক্তেনি। ময়ামসিগী মথক্তা ফজরবী লক্ষ্মী অহুম্মা ময়ূমদা চীংলেম্মা ঙাম্ণোইরিবনি।

খবরদা কয়া কয়া ইনরকই— শঙ্গাদ্রিথৈদা থোং নিংখায়রে, অকাসবিলদা সরকারগী পৈশা মাঙহল্লে, অসিনচিংবা। মদুদা ঠিকাদার তোমাল করিসু নাচুংবিদে। মথৌ লৈতবা কাংবুনা মাগী অশোয়বা ঙাঙলিবনি, পৈশা ফংগদৌবা সরকারগী এদভটাইজগুম্বা ফোঙগোদ খন্দ্রদনা, খবরনেদনা তৌশারিসিনা হায়দুনা খবরগী ৱাদু মনাদা হাপ্তে।

ঠীকাদারনা ময়ূমগী নুপী অহুমগী ফি-রোল সনা-লুপা থোনবা মতমদা মশক মচু চপ চপ মান্নবা থোল্লি। মহাক্কী মীচং মীখায় নায়দবা অসিমক্তা ঙসি ফাওবা অমত্তা তেক্ত-কায়দনা পান্নবা ঙল্লিবনি। মখোযবু ঠীকাদারগী হেল্লোইশিংনি হায়বা লায়না খঙবা ঙমহল্লী। লোন্নবী নুপী ওইদুনসু মখোয় অহুমদু কয়া খৎনদে। অহুমশুবা নুপীদু লাক্তুথৈদদি য়াম্না খৎন-চৈনবা থোকখি। নুপী লোনবগী অৱাবা হায়দু অসি ওইরমল্লে হেক য়ৌই। হৌজিক্তি মতম অমত্তদা মী অহুম খৎনবা যাদবা, লোয়ননা নুপী অমগী মমাঙদা নুপী অনীনা খৎনবদু তল্লদুনা মহৈ মহৈ তোক্লিংদনা তোক্তখ্রে। ইমুং মনুংদা শান্তী খর ফংলদুনা ৱাখল নুঙাইরক্তুনা কোয়বা খোৎপগী থবক্তা পূক্নীং অমুক চঙখৎলক্লে ঠীকাদারদো।

হন্দক্তি ঠীকাদারদু যূমদা কয়া হঞ্জিল্লক্তরে হায়দুনা মী থাদুনা থিহনবদা ৱাঙ্খোদা অতোম্বী অমা লৌদুনা লৈরে হায়বা পাউ তারে। মখোয় মচিন মনাও অহুমদু ৱাতান্নরম্মী। ৱাঙ্খোগী অতোম্বীদু কৌশিল্লুদ্রিমখৈ মপুরোইববু উবা ফংলরোই হায়বসি য়ানরদুনা মখোয় অহুম্মক চপ মান্নবা ফিজেৎ লৈতেং তৌরদুনা দেসকী মিথা-পান্না চীনবানশিংদু হায়রেং

ঙাঙলৈননা শঙনরদুনা ব্রানা মচুগী কার অমদা লেংগা-লেংগা ঙানরদুনা নুমিদাংব্রাইগী ঙাঙ্ক্লানবা মশেক মঙাল্লক্তা ব্রাঙ্খে পাংনা হাইগংলকপদু উহৌবশিংনা ঠীকাদার তোমালগী নুপী খুৎলোনসিদি ফজখ্রেদা হায়না কল্লক-তকশি শোন্নহৌই।

ব্রাঙ্খেগী অতোম্বীনা মচীন মনাও অহুমদুবু তরাম্না ওকখী। অতোম্বীনা চাউই হায়বদু চুম্মেদনা খন্দুনা পৃক্লীংদা পোঙজে। মচেমহন্না মখোয়না লাকপগী মরমদু হায়—

"ইনাওবেম্মা, য়ূমদা চৎলগা পূন্না লৈমিন্নরুরসি, তোখায় তোখায় লৈনরগা ঐখোয় ইসেন নুংশিনবা ব্রাৎনবনি। মহোয় ববানা করি খনবিরিবা?"

"ঐগীদি বেরা লৈতে নখোয় নসেন্নবু য়ানরবদি। নচেম অহুম্না হায়রিবসিবু করি খল্লিবগে অতোম্বী নঙবো?"

মচেম অহুমগী ফজনবা মতৌদু উরুবদা পেল্লদুনা অতোম্বীনা খুল্লকই—

"ইচেম অহুম্না ননাওবু নুংশিবিবসি উবদা ঐহাক পূমপেন পেঞ্জরে, হৌজিকমক চৎনবা শেম শাজরগে।"

অসুম্না কার অমদা অতোম্বীগা ঠিকাদারগা, কার অমদনা লোন্নবী অহুমদো তোংলগা মখোয়গী ময়ূম উরিপোক্তা লোইরোইনা হাইথরকই। ঠিকাদারনা মাগী হেল্লোয় মরিদু কৌশিল্লগা হায়—

"মতুংদদি ঐহাক লম্বী থোংগী ঠিকা তৌররোই, রাজনিতিগী ঠিকা ওইনা তৌরগে, এমেলে ওইগে, লৈবাক থোনবগী থবক তোক্লগে, লৈবাক শেম্বগী থবক হৌরগে, ইজ্জৎকা লোয়ননা পৈশাসু তানগে, হৌজিক্তগী ভোৎ খোম্বা হৌদবা য়াদ্রে। নুপী অমত্তনফাওবা মী ফনা য়াম্না খোম্বা ঙম্মী, নখোয় মরিনা খোম্লবদি ঐহাক ভোৎ শোয়দনা কাগনি।"

অতোম্বীনা কেথ-নৌথনা খুম্লকই—

"ঐগী ইখাদা অতোপ্পা নুপী অমমুক থিররোই ব্রাশকপিয়ু, অদু ওইরবদি ইপাগী চহী লেঙ্গা ওইবা মহোয়-তামোবু ভোৎ কাহন্নবা শোয়দনা হোৎনজগে।"

অতোম্বীগী ব্রাঙাঙদুদা পেল্লদুনা মচেম অহুমদুনা খুবাক খূরকই।

নীংবগা ওইবগা চপ চানখ্রে। ঠীকাদার তোমাল ইলেক্সন্দা লুপা লাক্ষ-য়াঙ্খ্রেদনি থাদখিবা; ফজখ্রবা লেমখ্রবা এমেলে হায়বা ফমদো খোইজৈ হাইগৎলকপদা য়াওরক্লে ! কুইদে— 'ক্লেগ-হাইবা-কার' অমা হেক্তা নেৎখি। ঙসিদগী ঠীকাদার তোমাল তোকখ্রে, মন্ত্রি তোমাল মিঙ্গৌনখ্রে। মহাকপু মন্ত্রি ঠিকাদার কৌনবসু য়াওই। সরকার শেন্দ্বগী ঠিকাদা লুপা ক্রোড় মঙা পুথোকপগীদমক পীবা মিংথোলনি।

হান্না ঠিকাখক্তা তৌরিঙৈদগী মহাক্তনা তাল্লগা পূম্নমক চলাইরম্বনি। মন্ত্রি হেক ওইখিবদগীদি মাগী নুপী অমত্তনা মঙোন্দা পৈশা পীয়ু হায়রদ্রে, মন্ত্রি ওইরিবা মঙোন্দদুম পীশিল্লক্লে। নুপী য়াম্বগী মতীক ব্রানোম্বা চঙলকপা মীশিংসিনবু চীঙ্গোই বারুনী খুরুম্বা লাক্লবসি মঙাই। অনৌ-অনৌবা পোৎ, মান-চাং লেপশিন্নরক্লে, মনাদা মঙক্তা সনানা মরোঙ মরোঙ লোঙখৎনরক্লে।









লোইরাবা



| | |
|---|---|
| পোকপা চহী | :- ১৯৪৮, নভেম্বর, ২৮ |
| অপোকপা | :- নহাকপম ব্রজেন্দো সিংহ |
| অপোকপী | :- নহাকপম ওংবী ইন্দুবতি দেবী |
| লোয়নবী | :- নহাকপম ওংবী ললিতা দেবী |
| অঙাং | :- নূপী৫, নুপা ১ |
| মহৈগী থাক | :- বি.এ., বিএদ. |
| শিনফম | :- হেদমাষ্টর, লমদিং হাই স্কুল |
| লৈফম | :- লমদিং নাশিখোং (পি.ও. বাংজিং) |

* ফংলবা মনাশিংঃ-

১। ষ্টেট টিচর এবার্ড, ২০০০

২। ষ্টেট বোল্ট এবার্ড, ২০০৪ (রন্নর-অপ)

অমসুং থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট বোল্ট এবার্ড, ২০০৪ (বিন্নর)

৩। লাইওন এবার্ড, ২০০৭ (বিন্নর)

* মহাক্কী ফোঙলবা লাইরিকশিংঃ-

১। ঐ অমসুং পৃথিবী (শৈরেং - ১৯৭৮)

২। পুন্সি নঙনমনি ঐবু থাখলনা লূমহল্লিবা (শৈরেং - ১৯৮১)

৩। সনাগী ঈথক (ৱারী মচা - ১৯৯৩)

৪। মপোক অসিমা ফংজবগীদমক (শৈরেং - ১৯৯৯)

৫। থবায়গী খোঞ্জেল (শৈরেং - ২০০৪)

৬। অমম্বা ঈপাক তল্লিবা হি (শৈরেং - ২০০৯)

৭। চীংগী লম্মৈ তমগী থাউমৈ (ৱারী মচা - ২০০৯)

* রেদিওদা শন্দোকলবা ড্রামাশিং ঃ-

১। নুংঙাইনা হিংনবগীদমক (১৯৮৬)

২। ঈচেল কংলবা তোর্ববাল অনী (১৯৯৭)

৩। ইতিহাসনা হন্দোকপিরবা পুন্সি (১৯৯৮)

৪। কলাকার (২০০৮)

৫। নুংঙাইবগী পিরাং (২০০৯)

* অল-মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেলদা শরুক য়ারবা ড্রামাশিংঃ-

১। নুংঙাইনা হিংনবগীদমক (১৯৮৭)

২। নুংশি লমজেল (১৯৯২)

* অতৈ থবকশিংঃ-

১। রেদিও ড্রামা অমদি ষ্টেজ ড্রামাগী আর্টিষ্ট

২। ক্লব সংস্থানশিংগী থৌপুবা, সোসিয়েল ৱার্কর